# মোংকমদা পীরাং

অইবা

চনম কালঞ্জয় মীতৈ

অমল লুপা ২·৫০

অকোইবা
চনম্বম কালজয় মীতৈ
উরিপোক নাওরেমথোং, ইম্ফাল।

কোপি মশিং - ১০০০
ওক্টোবর— ১৯৭১ ইং।



ছাপা নম্ফম
সনালৈবাক ইণ্ডাষ্ট্রিয়েল প্রেস
উরিপোক হাওবম দেরান লৈকাই.
ইম্ফাল।

## "ৱাহৈ খরদং"

"মোংফমদা পীরাং" হায়বা নোভেল অসি ফোংনবগীদমক্তা মণিপুর সরকারনা তেংবাংবিরকথি। লাইরিক অসি মীতৈ লৈবাক্তা মীগী ময়েক্ তাংনা ইরগা ফোংনরিবা লাইরিকশিংগী মরক্তা ঐগীসিসু থেংচরি। পোল্লবদি শিবগীদমক হিংলি। শিবনা মীওইবগী পন্থুংনি। শিদ্রিঙৈদা হিংনবগীদমক তাইবংগী লানফমদা অরা থুংঙাই থিবিক্না লান থেংনৈ। শিনি খঙ্না হিংলবসু হিংলিঙৈদা হিংহৌনবা হোৎননিংই। চরাংনরবা পুন্সিনা কঙাওননা লেল্লবসু থবক্কী তাইবংনি হায়বসি নিংশিংনা হৈনিংবগী হৈননবা হোৎননিংই। মোংফমদা পীরাং ঐগী মরিগুবা নোভেল অসি কলমনা রাখলগী তুংইনজবনি। পাবিরিবা কয়ানা পীরাংগী অরোনবা ৱাহৈ কয়া থেংনবিরবসু তাইবংগী চৎনবীগা মরি লৈনৈ হায়না খনবীয়ু।

তুংশিবা হায়সি মখল কয়ামুক লৈরবসু হুজিক্কী নহারোলগী থমোয়দা অশেংবা তুংশিবগী যুম্ফম অতু লৈরি হায়বদা হায়মল্লি। তুংশিবগী অশেংবা যুমফম অতু মখোয়গী থমোয়দদি কলক মিহৌবনা ওইরি। অহোংবা নাইবা তাইবংদদি হুজা মগুংলাংগী কায়না মৈচাক্লা মীতুংশি থংদ্রবা শাগী পুকচেল চেল্লকই। কনা'মনা হুজাগী হকচাংবু ওৎ-নৈরগা হন্না-হন্না খুদোংচাবা লৌহুনা মিংকুপ অতুমগী মতমতুনা তুংশিগী পন্থুংনি হায়না লৌই। তুংশিবগী পন্থুংবু হুজানা নাক্তা লেংদনা লৈরগা ওইগদ্রা? মনিংতম্না পাইজবী চেক্লা'হুবু ফারগা য়োৎকী শারংতুংদা থমলিবসিবু তুংশিগী মিৎয়েংলা? লেংদ্রবা অত্থানা লেংদনা লৈসনু অহোংবা পাম্বা হকচাংনা মতম মতমগী মচুহু তৈসনু চৎনবীনি চৎনবী—।

**কালঞ্জয় মীতৈ**

তাং ৭।৮।৭১ ইং, **উরিপোক নাওরেমথোং, ইম্ফাল।**

# মোংফমদা পীরাং

—)০(—

## "লৈমাইথক্তা পীগী ঈরিকমা"

লেপ-পৌ থুম্ন'রাখল-সিমক্না কা অসিদা ইত্তোমতা ফমহুনা লৈবা ঙমশিল্লক্তে। থমোয়দা পল্লেপফম থংদ্রবা রাখল অমনা তত্তনা খোয়রাংহল্লি। অতুবু মুন্না থন্থরুরবদি মঙুংলাংগীদমক্তানি চানবা য়াই। তশেংনমকসু মহাক্না মায়থোঙতুগা মিতারুরবা ঐগী থমোয়না নুংশি মঙুংলাংগীদমক ঈতৌরকপা রাখলনি। ঐহাক তশেংনমক মহাকপু নুংশিজে। মহাক্না য়ারা থোঞ্জেল নিংথিবীহুনা নুংগুন্না কল্লবা থমোযবু থোং-নৌহললি। মহাক্না পুন্সি রায়ী মতেক থরহু ভারুরগা ঐগী মিংলুগী পীরাংনা লৈমায়থক্তা তাখিবা থংহৌদে। মঙুংলাংগী কেন্নবা হকচাংগী নাক্তুগী রাখলন্থু তান্না লৈথ্রসমু হায়না মখল্লুই। অতুবু অচিকপা অহিংগী থাবল ঈপোম্নক্তা তত্তনা নিংশিংলি, তত্তনা ঊরি মাগী মায়থোং। মাংদা চপ-চপ লেপ্তুনা লৈবগুমসু তৌরি। খল্লরোই নিংলুরবসু থোইনা হেম্না থন্থ-থন্থরক্তুনা আশানা লমজিংলরে ঐগী হকচাং মঙলান্বীগী তাইবংগুম। নোংম-নোংমগী হৌখিবা থোদোক থমোয়দা ময়েক লানা লৈরি। কনাগুম্বা কনাগুম্বী কয়াগী রাঙাং তারগা নিংঙম্নক্তুরা থমোয়না মিংতগী পীরাং শিন্থখিবসু কোঙ্গায়রি।

মোংফমদা পীরাং



তেংথারুবা মতমদি থাবল ফরবা অহিংগী পুর্ণিমা থাজগী মায়থোঙ উরুবদনি। নিংঙমহৌদ্রবা থোদোক নিংশিংলুরগা করিগুম্বা মতম্রদস্থ খোঞ্জেল থোক্লা হায়দোকখিবস্থ ময়াওখি। কনাগুম্বনা ওাখিবা য়াওরবদি ঐবু অঙাওবা মী অমনি হায়না লৌখিবস্থ হাই। ঐগী মায়থোঙ হেংলগা খংবা ঙম্লবদি করিগুম্বা য়াখল অমনা লনজিংগে হায়নাসে মাগী থমোয়দস্থ মঙাঙ্গ অমা ফংগনি। মাগা ঐগা মায়োক্নজ্ঞনা কল্লগা নহিক চুম্না রারী অসি কোংদোক্লরবদি মহাক শোয়দনা মিংলুদগী পীরাং শিন্দবা ঙমলোই। রারবা মতম অসিদস্থ তুংহন্না য়েংলুরবদি করিগুম্বা খরনা ঐগী থমোয়বু ইনৌদা লৌহাল্লে। টেবিল মথক্তা চাইখায়ুতনা লৈরিবা হিদাক লিরিং খুৎঙ খুংনাইশিংভ উক্লরগা ঐগীস্থ মতমতু য়োরকখিনি হন্দনা চুমদে।

মতমসি ফনা পেংজিল্লক্লে। মীচিক মীরাওবোলস্থ তাখিদ্রে। থাজদি খোয়দোক হেন্দোক্লা নিংখিজনা মালেম শিন্থুংনা ঙাম্মোয়রি। ঐহাক চৌক্রি মথক্তা হাইফেংস্থ উইগরুরে। ঐগী কাগী মমাং থংবা খোংনাওঙদা থাবল মচুলস্থ ফাওজিল্লক্লে। থাজত ফনা হাইগৎলমলে।

ঈথক-ঈপোন ঙৌবা থাজগী মায়থোঙ উবদা ঐহাক কাহ্নদা ফমত্না লৈবা ঙম্লকত্রে। তাঞ্জা অসিমক্তদা শকথংদবী চেক্লা আগী খোঞ্জেলনা ঐগী থমোয়বু খোয়নাংহল্লি।

লুপা মচি চেক্লবা থাবলনা মালেম শিন্থুংনা কুপথ্রে। ঐহাকীস্থ থমোয়দা থংহৌদনা তুম্লবা পোকখি। শকথংদবী

চেক্লাতুগী খোঞ্জেলনা ঐগী থমোয়বু নৌহৌনা চৈনা শীরি। থাবল ফরবা অহিংদা থমোয়না তেংথারুবা, শিম্বরকপা মিংকী শীরাং হুজা মশুংলাংশীদমক্তনি। মহাক্কীদমক ঐগী থমোয়না পল্লেপফম থংদনা ওন্না থোইনা থাংলি। অসিরা মহাক্কী হুংশি থুদোল !! নিংজমনশী মহৈ !!

মানা নোংমা ঐগী কাদা চংতুনা ফোংদোক্লম্বা রাফম ঐহাক নিংশিংলি। মহাক্লস্তু ঐবু অস্নুক্কী মত্তিক থমোয় শেংনা হুংশিজ্জে। ঐগীদমক্তা ইকাই ইকি পুন্নমক হুন্দোক্লমতুনা তশেং তশেং ফোংদোক্লমই। ঐনদি মহাক্কী পাওথুম ঙসি ফাওবা পিখিদ্রি। মহাক তশেংনা মরাইবক থিরবী হুপীমচা অমনি। ঐনা হোসপিটাল অসিদা অনাবশিংবু লায়েংতুনা লৈরকপা; মহাকুম্বী হুপীমচা অসি থেংনরক্তি। মহাক্লা ঙাংথোরকপা রাঙাং ঐহাক ঙক্লা থোকই। ঐগী মরম থরস্তু মহাক্লা অস্নুক্কী মতিক কুপ্পা থংলুমই। হুমিদাং অমা ঐহাক ঐগী কাদা তুমথনবা থোরাং তৌরি। মতমতু পুং ১১ তারে। "ডাক্তর বাবু ডাক্তর বাবু" হায়না কৌরকপা মশেনমরাং ওইনা তারকপদগী ফুক হৌগৎলি।

"নলিনি! নহাক লাকলিবরা—ইমাবু করি'মুক তৌরবগে?"

"ইমাবুদি করিস্তু থোয়দোকপা তৌদ্রে হুজিক পোথাদ্দুনা লৈহৌরি। হয়েং শোয়দনা ইমাগী ওপরেসন তৌবীরগদ্রা?"

"শোয়দনা তৌরগনি, নহাক্তুম নয়াং য়াম্না কংনা উরে, নথ্বায় হুংঙাইত্রবরনে; নহাক অমুক নারক্কনি নিংথিনা পোথাও।" ঐগী রাঙাং তানবগীদমক নলিনি ঐহাক্কী নাক্তা ফমথরক্লে। মহাক্কী

মকা লামজ্রবা মায়থোঙতু উরগা ঐহাকী থমোয়না খাংতুনা লৈবা ঙমজদে। মহাক্কী হুংশুক-হুংজানরবী মায়থোঙতু অমুক্তংদি হরাও মোমোল তৌহনগে হায়বসে মতম অতুমক্তদা খল্লি।

"করি চানি নলিনি ঐগী ইনাক্তা লাকপদি—অতুবু ঙসিদি খুদোং চাক্রবনিনা ইনানা ফরগা নোংমা পুন্না চাক চারা অমতং চামিন্নখিসি কাওনতুসিকো নলিনি।"

"ঐনদি ক্লরম্ন কাওগনি, ডাক্টরগী রাথল মঙায়রে। অদোমদি অচৌ-অশাংনিনা ঐবু অমুক হন্না নিংশিংবীরক্লবগী মতমতু লৈবী-খিগদ্রা?"

"করি হায়না লৈরোইদৌরিবা, মহাক অমা লৈরি হায়বসি ঐগী থমোয়দা মতম চুপ্পদা নিংশিংতুনতা লৈরি।"

"নতুমকস্তু পুন্সিগী শিংবা ঙম্লরোইদবা লমননি নিংজগে। অতুগা ডাক্টর ঐদি রা অমত্তংগা হাংজনিংই, তাকপীরক্লনি হায়বদি ঙইথোক্তে।"

"হায়যু নলিনি করিনো? ঐনা থংবা লৈরবদি ঐহাক করিমত্তা থুগালোই।"

"মহাক অতুগীবু করম তৌবা তারিবগে?"

নলিনিগী রাহং ঐহাক ভাব থুনা তাবা ঙমই। মহাক্কী পাওখুম পীবদা ঐ-রান থোকই। অতুবু ঐহাক তশেংনা হায়-দোকখ্রে। "মহাক অতুগী মফমদা হুংশিবগী খুদোল অমত্তস্তু তমলুদ্রি তমগে হায়নস্তু খল্লুদ্রে। ঐহাক্কা মতম অনদা মহাকপু য়াম্না হুংশিরম্মী অতুবু মাগী থমোয়দদি থৌজানগী ঈরিক পক্লমদ্রে।

ঐনা হংবা রাহংদা তথি-তথিমক হায়দ্রবস্তু ঐহাক ইত্তোমতা ইকায়জৈ ।”

“ডাক্টর বাবুনদি অহন্না হায়বিরি অহুবু মহাক্নদি হুজিক ফাওবা ডাক্টরবু হুংশিবগী রাঙাং মমান্নবী কয়াগী মফমহুদা লোন্না লোন্না রারী ওইনা লিরিদো । মহাক্কী ইকায়থিবী হুজাগী মপোক্তা পোক্ল-বীনি, ফোংঙমদ্রবা রাখলতগী লায়নানা থমোয় লাইমন ওইখিবা য়াই । মহাকপু ঙাকপীবা ওইনা করিগুম্বা রাফম খরদং নিংশিং-বীরুরবদি অনিমক্কী ওইন............ ।”

“ঐহাক ঙম্লরোই, ঐহাক ঙম্লরোই- ঐহাক্না দেবেশ্বরিগী মফমদা অমুক হন্না হায়জবা ওইথোক্ত্রবা রাফমনি ।” ঐগী রাঙাং অসি তাবদা অমুক হন্না রা মথা তারকখিদ্রে । তাঞ্জা অসিমক্তদা নলিনিগী রাহং অমা পাওথুম পিগে হায়না খল্লুরে । অহুবু ঐহাক ইচিল অসিনা পাক হায়দোকপা ঙমখিদ্রে । মাগী মায়থোঙহ্ উবদা ঐগী রাখল পল্লেপফম খংদ্রে । ঐহাক্কী থোঞ্জেল অমদি খংহৌদনা থোকখি । “নলিনি ঐহাক রা অমা হায়গে” রাহৈসিতদা মায়সি ঈচপমুক ঙাংশিল্লক্তুনা অসুম অসুম লুমথরকই ।

“করিনো ডাক্টর ।” নলিনিনা ঐগী মায়থোঙবু মিৎ কুপ্তুনা য়েংলি ।

“করিসুবুদি নত্তে নলিনি ; অহন্নমক ওইহনসু নোংমা খুদোং-চাবা মতম মদা হায়রগে ।”

“সিদগী হেন্না খুদোংচাবা মতম করম্বা অগমুক লাকখিনি ।”

"সিদগী হেনবা কয়ারক লাকখিনি", থেংগ্রে ঙক্সিগীদি অস্তুম তোক্লসি।

"ডাক্টরগী রাফমনা ঐগী থমোয়বু লাংতকনহনবীগনু ; রাফমসি খংদ্রিবা মখৈ ঐহাক ফমখিনি।"

"নলিনি থেংগ্রেসে হোৌগৎলো।"

"করিনো হায়রো চৎগ্রগে ডাক্টর।"

"অতৈ করিস্তু নত্তে নলিনি, ঐগী রাখল লানগ্রে নংনা ঐবু ঙাকপীয়ু।"

"নত্তে ডাক্টর করম্বা রাফমগীদমক্তা.............।"

"নলিনি ঐহাক নংবু...............।"

"ডাক্টর"! খোঞ্জেল অসিগা লোয়ননা নলিনিনা ঐঙোন্দা মিৎকুপ্পমখৈ য়েংদুনা লৈ। নিংঙমদবগী পীরাংস্তু চেন্থরক্লি মাগী খজাইদুদা। ঐগী রাফমদু খংগ্রমাল্লে। ঐখোয়নিনা কা অতদা ফমদুনা লৈরকপা পুং অনিরোম হোৌগ্রে। মাগী চোৎলবা মিৎমাতু ফিজিনা নপথোক্পিদুনা ঐনা অরোইবা ওইনা হায়খি। "নলিনি মীওইবগী পুন্সি অরাবনি। খুদোং থিবা কয়ানা মাঙ থাদুনা লৈ। ঐনা হিংলিঙৈগী মতমদা তৌকম থোকপা ইথৌ কয়া পাংথোক্লমগনি। হুজিক মতমদদি নহে অমা হৈহৌদ্রবা মুপা। মুপীদুদি হীরম খুদিংমক্তা খুদোংচাবা লৈত্রে। ইমুংদগী মাপালদা লৈরিবা হীরম খুদিংমক্তা খোং থাংজিনবস্তু ঙমলোই। মতম খুদিংমক্তা চেকশিন্না লৈগদবনি। চৎসি লাকও নলিনি ঐস্তু ইমাগী মনাক য়োংগে।" ঐনা নলিনিগী

মথুৎ পায়তুনা চিংখৎলি। নলিনিবু অনাবা মমা অতুগী মনাক য়োনা থিনবীরুরে।

ঐগী মিৎকি পী, নলিনিগীদমক্তা থল্লুবদা পুন্সিগী কংবা লাইররোই। ঐনা তৌখিবা ওপরেসননা মী কয়াগী মথায় কনথ্রে। হুমিৎ অতু ঐগী লাইবক থিবনি হায়গদ্রা নত্রগা মাগী অরোইবা হুমিৎ তম্লকপনরা, ঐগী অশোয়বদি থোয়দোক্লা য়াওখিদে। অতুদি করিগীদমক্তা মরাইবক থিরবী হুপীমচাতুগী মমা অতুবু কনবা ঙমহৌদ্রিবনো? ঐগী মিংচৎ হন্থহনবতা নত্তনা ডাক্টর অনা ওইবগী মতিক চাদবা অতু উৎপনি। মহাক্কী মমাদি ঐগীসু ইমানি। মরাইবক থিরবী হুপীমচা অতুনা মমা কায়নদগী নৈচাক্লা ঐবু কয়াদা থিনা নিন্দা তৌরমগবা! মরাইবক থিবদগী অমুক হেন্না কায়না মৈশা লাংলবীনি। মহাক্লা হোসপিটাল অসিদা লাকপা হুমিং অতুদগী ঐগা শকথং মায়থংনখি। মহাক্কী মক-ত্রবা পুকচেলনা মতোমতা ফুমতুনা থম্বা ঙমজদ্রবা রারী কয়া লিথোক্লমই। মহাক্কী রারী তারগা ঐহাক্কী মিৎলুদগী পীরাং! পীরাংতনা চোৎলবা মায়থোঙ মতম খুদিংমক্তা ঐগী আশাদা মুৎপা লৈত্রি। চহি কয়া চংনা ডাক্টর তম্লকপা, মী কয়াগী মথায় কনথ্রে। ঐগী ইমা শকপী মহাক অতুদি কনবা ঙমখিদ্রে।

ঐনা ওপরেসন থিয়েটরদগী থোরকপদা মায় অসি হুমাংনা নরিক মরিক কারকপতা নত্তনা থমোয় হুংশুক হুংজান্নবা মক-শিল্লবা মায়থোঙবু উবদা নলিনিনা "ডাক্টর করম তৌরবগে" মাগী রাহং ঐহাক্লা পাওথুম পিফম থংখিদ্রে। ঐগী মিৎতগী

তাথিবা পীগী ঈরিক অত্থ উবদা ঐবু হন্না হন্না কোন্দুনা কপচখি। ওপরেসন থিয়েটরগী থোঙজিল অতুমক্তদা নর্স খুদিংমক্কসু নলিনিগী মত্তৌথু উরগা থমোয় শোক্না নিংঙমদবা ফোংদোকখি। নলিনিগীনি হায়বা কনা লৈজন্দ্রবীনি। মহাক্কী হায়ববু মবুং অমা লৈরিবা অতুনা লোইরে। মহাক্কীদমক্তা লেপ্পীনবদি কোঙ্গায়নি। চেক-শিল্লক্কবা মতমদদি মবুং অতুতদি। ঐহাক্না নলিনিবু ঐগী ইনাক্তগী ইপ্নোকখিবা ঙমলোই। ঐহাক তশেংনা মাবু নুংশি। নলিনিগী রাঙাং-শঙাং তারগা অনৌবা রাখলগী চৈনাখোল তত্তনা কংলি। নুপী অমা ওইবীগী গুণ চপ চান্না লৈরবী নলিনিনি। ঐনা মাবু নুংশি হায়বসি করন্না ফোংদোক্কনি। চহি কয়া চংনা শেল কয়া তিংতুনা তম্লরবা ডাক্টর অতুনা মী কয়াবু ওপরেসন তৌতুনা অশিবগী খরাত্তগী কনবা ঙমই। অতুবু নুংশিবগী চৈনাখোল ফংতুনা লায়না অমা ওইগ্রবা মীবু ডাক্টরগী বিজ্ঞান্না ফহনবা ঙমগদ্রা, ঐহাক তশেংনা নলিনিবু নুংশি। তৈথোকপীরুরে মতম'মদা নলিনিগী মিংলু পীরাং; ঙসিমু·········.



# "কায়রবা থমোয়"

ইনখৎলকপা যৌবনগী পুন্সিবু অপোকপী পলেমনা নৌনা হুন্দোকপীরমলে। অরাবগী মথক্তা অরাবগী রাখল কয়াতনা পু'থাংবা ঙমদ্রবা রাখলনি। ইমা হায়বা মিংগৌ অমদি কনাগুম্বী অমগী মফমদা হেক্তা কৌরুবা য়াই। থাঙ্গেশেংবা ইমাচুগী গুণ অতুদি মহাক্না চেনবা ঙমলোই। লাইরবস্থু ইমা লাইরবী, ঐবু পোকপী ইমানি। মিংগৌদি অমত্তনি গুণদি অমমনি। লৈখিদ্রবা ইমা অতুগীদনক্তদি রাখল নাচোম শেমদুনা নির্শিং-নিংশিং শিন্থরুনি মিংকি পীরাং। হিংদুনা লৈহৌবা ঐখোয়তনা পুন্সিগী চাওখৎ খোংথাংদা অরা-অনা শরুক য়ারগনি। ইমা অতুনদি মচা অমা লৈহৌরি হায়বগীদমক্তা স্বর্গ-নন্দন-কানন্দগী মিংলু পীরাং শিন্থরম্বা য়াই। অতুমক্তি ঐখোয়না উবা ফংদে। উবা ফংদবা পোৎ অতুদি লৈরি হায়বা থাজখিসিরা? মিংতগী তাখিবা পীরাং, থল্লুরিবা রাখল, ফংঙম্লরোইদবা পলেম ইমাগী দমক্তস্থু নত্তে। লাই-ওইথবী মাগী মতিক মগুণ অতুবু তেংথা-জবনি। গর্ভন্থুংদা থাবুম তরা নাওপুদুনা সংসারদা মীওইনা পোক্লকপা পলেমগী থৌজালনি। মাগী তম্পাক্তা ওন্না থোইনা শান্নজরকপা পলেম খোল্লাংতগী পাঙ্গলনি। থৎনরবস্থু চৈনরবস্থু পলেমগী নাক্তগী লাপথোক্না লৈবা ঙম্লরোইদবনি। মমা হুংশিন্দা মচানা মতম খুদিংমক্তা মমাগী নাক্তা ওন্না থোইনা লৈজবা

মহৌশানি। মমা কায়নরবা মচাহ্না মতম খরা কাম্বনা মৈশা লাংলম্মী। নোংমা নোংমা হৌখিদ্না পুন্সি ময়েং তারকপগুম নলিনিগী অরাবস্থ মমি শামখ্রে। অমুক কপ্পা অমুক নোকপা মীওইবগী পুন্সিনি।

থমোয় শোক্লা কপ্পুরে; থমোয় শোক্লা তেংথাক্লরে মহাক্কী-দমক খনবদা লংল্লা লংজিন কাংহ্না হুংশি চিরোল শৈহোক্লরে। মহাক্কী নাক্তদি য়েৌরগে খন্দ্না ময়ুম থোঙ্গাল লান্থোরক্লে। লম্বী সরক কনাস্থ চংনদ্রে। মাইকৈ খুদিং কোয়না য়েংলুরগা মিৎলুদগী পীরাং শিন্থখিবা মহাক্তনি। অশোংবা নারক-শিংলক ফাওহ্না চংপস্থ মহাক্কী মথৌনি। “ঐহাক্কা মোংফমগী লৈকোল অসি ফাওহ্না চংলবদি কনানস্থ উররোই। ফংঙমদ্রবা পোৎশক অসিস্থ য়াম্না থুনা কংলগনি।” চৎলিবা মফম অসিগা, অঙিংগী মতমগা শুইবনে থমোয়দা মীপাইবা পোক্লবরা, মোংফমদা হৌরিবা উপাল-রাপালশিংবু উবগা নিংঙনদবা ফোংদোকলিবরা? মিৎলুদগী পীরাং শিন্থরক্লি।

লুপা মচু মাল্লবা থাঙগী মঙালনা থৌজাল ঈরিক খিক্লরি। মালংগী শক্সা লৈরাং মাপদা হুমলরি। পাক চাওরবা মোংফমদুগী ময়াই য়ৌরকপদা হকচাংদা তুজুংবা ফাওরকলে। মচি মচি খুদিংদা থমোয় শোক্লা য়েংলি। তাম্না খোংলকপা বাঁশিগী সুরনা নাপদা য়ৈররি। খোংথাংহ্ কন্না থাংবস্থ ঙমজদ্রে। মচি অমদগী শা-লানগী লালাওস্থ ভাবা ফংই। মনা পুংবা উপাল কয়াগী মরুমদা থোঙশংবা মূর্ত্তি লৌবস্থ কোঙ্গায়নি। শরুতা ভায়রবা

মুক্তিশিং অতুনা উশা-উফৈথক্তা তোংদুনা খেক্লা-খেক্লা নোক্লগা উরি হাইবী শান্নরি। মশক মতৌ ফজরবী, নিংথিবী ফিজেত্তনা লৈতেংলবী স্বর্গগী জগোই শাবী মক্তনা মোমোল মিনোক তমদুনা জগোই শাথেক লেপ্তরি। জগোই শাবীশিংগী মরক্তসু য়াওজনিংই, লমচৎ নাইত্রবা কয়ামনা হুজাই ইজ্জং মাংহনগেসু হোৎননি। থোঙশংবা মায়কৈ তম্নুরবসু অশোংবা নারক্তা লোৎখ্রে। থাক লাওবগী খোঞ্জেলনা মায়কৈ খুদিং শিন থুংখ্রে চেল্লি হায়নত্ত মঙায়রে মঙম শাঞ্জদ্রবীনি। মফম অদুদগী লাম্তোকনবা হোৎনবদা হকচাংত্ত হুমাংনা পুলুপ লুপখ্রে। লৈকোলদুদগী হেক লাম্তোকপদা ফুইনা হোনবা হুংশাশ্বর চনিং তানা হোন্থরক্লি। রাখল মতেক অমা চংনা য়েংথোরকপা মিংয়েংদদি মফম অসি থোয়দোক হন্দোক্লা নিংথিবা মফম অমনি। থোকখিবা হীরম খুদিংমক রাখলগী শক্তম ঙাক্তনি। লাইবক্তগী হুমাং মরিক মরিক ফিজিনা নপথোকই। পোমশাৎনরিবী লৈরাংশিংনা হাইনা হুন্না শান্নজবা উরগা "নিংথিরবা লৈকোল অসিদা মাগা ঐগা ফনমিন্নদুনা ঈংনা চিকনা ক্লাত্তান্নজল্লবদি অরা মৈচাক কোক্কনি। অদুবু মহাক্লা মফম অসিদা লাক্কনি হায়রবসিদি ওইথোক্তে। মায়কৈ খুদিং কোয়না য়েংলমলগা মফম'হুদগী থোরক্লে।

মহাক্লা য়ুম অসি হেক য়ৌবদা অনৌবা আশাগী মঙাল অমা মাগী থমোয়দা ফংলে। য়ুম অদুদা লৈবা মী থরদি পোথাদুনা লৈনবগী মতম শংদ্রি। মশক মতৌ ফজরবী লৈশাবী মোনহা ক্কয়াসু অনাবা কয়াগী শেবাদা অহিং মিংশেল থাংলি। মচি

ৎরদনা নাহেৎরা খোঙ্জেলসু লেপ্তুরি। কা অমদনা ইংনা-চিন্না রাতাখিবসু কয়া অমা ময়াওৎপ্রে। তুং-মাঙ অসুম অসুম য়েংহুনা খাংজিল্লকপা খোংথাংনি। থংহোৎদনা কা অমদগী নুপী অমা খোরকই। মী লাকপগী শহুম ফংলবসু লৈহুনা চেনফম লৈখিদে। তৌফম খংদনা চপ লেপ্তুনা লৈরি। নুপী অহুনা মাগী নাক্তা চংশিল্লক্তুনা চেপথহুনা হাইফেৎ মুন্না য়েংলগা "কনানো নহাকপু ?"

"ঐহাক নলিনিনি !"

"নলিনি নহাক মফম অসিদা !"

"শান্তি ঐহাক ডাক্টর উন্নবা লাক্লিবনি, মহাক লৈরিবরা।"

"মহাক করিগুম্বা থবক অমগী চৎখোকখি, য়াম্না থুনা লাক্লগনি। করি তৌরবগে নশা'হু অহুক ফিংলিববু।"

"করিসু তৌদে, ঐহাক ডাক্টর উন্নদবা রাক্রে, নহাক্না মহাকপু ঐগা থুনা অমুক্তা উনহনবীয়ুবা।"

"লাকও নহাক কা অসিদা ফমহুনা লৈয়ু, মহাক লাকপা মতম ওইরে। শোয়দনা য়ৌরক্লগনি। ঐহাক অনাবশিংগী হিদাক অমুক্তা কাপলুখিগে।" নলিনি কা অহুদা ফমহল্লমই।

নলিনি লাকপগী শহুম ফংবদা কনাগুম্বা অমদি থোঙ্নাও হাংদোক্তুনা মুন্না য়েংলি। মহাক্না অসুম মুন্না য়েংলদা নত্তুনা নমোয়দা অনৌবা আশাগী মঙাল অমা ফাওরক্লে। নলিনিনা চংখিবা কা'হু মুন্না য়েংহৌই। নলিনিনা মফম অসিদা লাকপগী মরম ঙাইহাক চঙক্লনা খন্থরুবদা ভাব মুন্না তাবা ঙমখি। মহাক্না হাখিবা রারী মতেক থরা নিংশিংলুরবদি হুজিকমক নলিনিগী

মফমদগী খুদোংচাবা লোগে হায়ন লেপলি। মতম'সিমক নত্তনা মাগী খুদোংচাবা ফংলক্তি্রবনি। নোংমা ধীরেনগী রাঙাং, নলিনিগী মিৎয়েং মাঙদা ইকায় খোঙ্গোয়নত্তনা থবক খুদিংমক পাঙথোকপা ঙমখিদ্রে। মুরুরুবা য়াবা রাফমস্থ নত্তে; খা-চিত্তুনা খাংহোই। মাবু ন্থংশিরুবগীদমক ঐহাক হুজিক ফাওবা কঙাওননা চৎলি। ঐহাক্না মাবু অস্থক্কী মতিক ন্থংশি-জরুবগী হায়জবা রাফম খুদিংমক মানা মায় ঙাকপিদ্রি। নলিনিগী মায়থোঙনা ঐগী থমোয়দা য়েক্তুনা লৈখিবা ন্থমিৎ অত্নদগী কনাগুম্বী অমবু হন্না য়েংবা পামজদে। থাঙ্গেশেংনা কনাগুম্বী অমত্তবু থরায়্না তাজদে। ঐগা নলিনিগা করিগুম্বা কিভম অমা লৈরক্লে হায়রসে খংলকপদা ধীরেন্না ঐগী খোংথাং কুপ্না য়েং-শিল্লকখি। ঐনা তৌবা থবক খুদিংমক্কি অশোয়বা য়েংশিল্লকপদি নলিনি মশুংলাংগীনি। ধীরেন্না রাফম অসি য়েংশিল্লমদ্রবদি নলিনিনা ঐবু পুন্সিগী থাদোক্লোই। তশেংবদি ধীরেনগী মরাল লৈতে। ঐগী থমোয়বু ওৎলিবদি নলিনিনি। ঐহাক্না ঙসি হোসপিটাল অসিদা থবক তৌদুনা ফংলিবা শেল'পুম্বা মফম খংদনা শিঙ্গিন্নরিবা মাগী মৈচাক থাংননবগীদমক্তনি। ঐনা মাবু হুজিমক পুত্নুনা চৎকনি। ন্থপাল্ল ফুক হোগত্তুনা কাম্বদগী থোকখি।

ন্থংঙাইরবা আশাগী ঈপাকনি। ঐহাক শোয়দনা তামো ধীরেন উনরগা ঐগী অরাবা পুম্বা কোক্লগনি। ঙসিদগী হৌনা যৌবন পুন্সি থাদোক্লম্বা তারে। শোয়দনমক তামো ধীরেনগী ত্থং ইন্দুনা চৎলনি: তাঙ্কা অসিমক্তদা থোঙত্থ তক-তক থিল্লকই।

নলিনি ফুক হৌগত্তুনা থোঙ হাংদোকই। লৈরমলিবা হুপাহ্নগী মায়থোঙ উবদা হকচাংদা তুজুংবা অমগা লোইননা মিৎকুপ্তন মুন্না য়েংহ্লনা লৈ।

"নলিনি নহাক মফম অসিদা মতম চাদনা করিগীদমক লাকলিবা?" হুপাহ্ননা থোঙগী পুনা চেৎনা থাজিল্লি।

"নলিনি, ঐনদি নংবু থমোয় শেংনা হুংশিজ্রে; অদুবু নংনদি ঐবু অমুক থৌজানবীদ্রিবা করিগীনো? ঐনা মতম অমদা নংগী নথোং কোন্দুনা হায়জবা ফাওবদা মায় ঙাকপীখিদে। ঐগী থমোয়দা ঙসি ফাওবদা ফুমহ্লনা থমলিবা মৈচাক নশুংলাংগীদমক্তনি। নংগীদমক্ত থনবদা ঐগী থমোয়দা তমথিবা ল্যায়না অমা শুইরক্লে। ঐনা নংগীদমক থনজরকপা মতম কয়াম কুইরবগে হায়রবদো অমুক্তা খন্থহ্ননা য়েংউ। নলিনি নহাক করিমত্তা চিংনগহু ঐনা হায়বা রাফম খুদিংমক নহাক য়াগদবনি। নংনা হায়বা রাফম খুদিংমক ঐসু য়াগনি।"

"ঐহাক্না হায়বা রাফম খুদিংমক নহাক শোয়দনা য়াবীগদ্রা সুরেস?"

"ঐগী লুনা চান্না থমজরিবী নলিনিনা হায়বা রাফম খুদিংমক করিগী য়াফম থোক্তনি। ঐহাক শোয়দনা য়াগনি।

"সুরেস ঐনা নংবু তশেংনা হুংশি। ঐনা নংগী নফমদা হুংশিবগী খুদোল অদু তম্লগে" নলিনিনা সুরেসকী মখুৎ অদু পায়হ্ননা সনাগী খুদোপ অমা শিজিনবী।

"য়েংউ, সুরেস ঐনা ঙসি নংগী নফমদা তমলিবা খুদোল্লা অসিনা নংবু পুন্সিগী কাওরোই হায়বতু তাক্লিবনি—নহাক্কী পোকমিন্নবা নচল অমগুম ঐবু ; ঐসু নংবু ইবুং অমগুম……।" অসি হায়রম্লগা নলিনিনা থোঙ অতু হাংদোক্কে তৌই।

"নলিনি নংনা ঐবু নুংশিবিবগী তম্বীবা খুদোল, করিসু লৈত্রবা মমল য়াওদ্রবা খুদোপ অসিনা ঐগী থমোয়বু পেলহন্লবা!" সুরেস খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লুরে। হস্থরকপদদি মাগী মিংয়েং নলিনিগী মায়থোঙদা। "নলিনি; থৌদোক অসিমক্লা থমোয়গী নুংশি মৈচাক কোকনবদি নত্তে, অহোইননা পুন্সি লাননা ওইনব থৌরাংবনি। নগুংলাংগীদমক্তা ঙসি ফাওবদা মীকোক থোংবা ঙমদ্রে। নংবু পুন্সিগী থাদোক্লোই।"

"রাফম অতু অরানবনি, ঐনা নংগী নফমদা অপাম্বতু থুংহনবা ঙমলোই। ঐহাক কনাগুম্বা অমগী মফমদা কর্থোকপ্রবা থরায় হকচাংনি। নংগা পুন্সিগী লোইনতুনা লৈবা ঙমলোই। চংশিনল-লক্কনু খোংফম্ম'মত্তা।"

"নলিনি ঐনা নংবু অসুক থমোয় শোকনা নুংশিজে হায়বতুদি নহাক্লা করিমত্তা থৌশাবীদনা তরাই তরাই কনাগুম্বা অমগী মকমদা কথোকপ্রে হায়বা ঙমলি। ঐনা মতম অসুক কুইনা নগুংলাংগীদমক থনবদা থমোয় লায়মন ওইরক্লবা অসি কাওবদা ঐবু হস্থবা মিয়েংদা থমলি। করিসু লৈত্রবা নুপানি হায়না খল্লবসু নগুংলাংগীদমক্তনি হায়বসিদি নহাক কাওকম থোক্তে। ঐনা লসুক্কী মতিক নুংশিজবা অসিগুম্মা নংনা ঐবু নুংশিবীরম্লবদি

ঐহাক ফিভম অসিদা লৈরম্লোই। নহাক হুজিক ঐগী মাঙ থানা চৎকদবনি। সুরেসনা চংশিন্দুনা নলিনিগী খুদাং পায়রি।

"থাদোকউ থাদোকউ কৈদৌহুংদসু ঐনা নংগী নাক্তা পুন্সিগী লৈবা ওইথোক্তবনি।" মথুং অহু কনথোক্লুনা সুরেসকী মখজায়দা খুৎপাক্লা থাখি। নলিনিগী মফমদগী চৈনাখোল ফংলবসু মফম অসিদা হুন্দোক্লুনা থল্লমগনি হায়বা অসিদি সুরেসকী রাখলদা পোক্লুদে।

"নলিনি নহাক্লা ঐগী ইখুত্তগী নান্থোক্লুনা চৎকনি হায়বা অসিদি ওইথোক্তবনি। ঐনা হায়বা ইন্দ্রবদি নহাক্কী হুপী ওইবীগী ইজ্জৎ অহু মাংহল্লগদবনি। নহাকপু সমাজগী মাঙদা হুপী অমা ওইবগী লেমজনফম অহু থমলোই।" নলিনিবু ডাক্তরগী ফমুং অহুদা ফৈবম্রনা থাংগৎলি। হুপী ওইবীগী থৌনা থোইদোক্লা লৈজদে।

মখোয় অনি লাক্লা ফানবগী মনিল অমদি নলিনিগী তমথিবা খোঞ্জেল অহু তাবদা হুপা অমনা থোংনাওদা তুমিন্না য়েংহুনা লৈরি। সুরেসকী মতৌহু উবদা হুপী মচা অসি মাংবা তারে থন্দুনা; হুপী অসিগী ইজ্জৎ অসিতদি কনবীগে থৌরাংলুরবনি অহুবু মখোয় অনিগী মতৌহু উবদা ফনা হুংঙাইবা কুইম্মে অমগুম থোক্লুরে। মখোয় অনিবু অমুক খাম্লুনবগী রাখলহু থাদোক্লুনা চিন্নালদা মোমোল তৌনা য়েংলি। "সুরেসকী থমোয়না হুপী অসি ওন্থোক্লা পামজরম্লরোই।"

"হায়য়ু নলিনি হৌজিকসু মতম লৈরি। নহাক ঐগী তুং ইন্দুনা চৎপা ঙম্লগদ্রা? নহাক্কীদমক্তা ঐগী মথোৎ কারকপা যৌবন পুন্সি ইকায় খংদ্রবা শা অমগুম ওইরক্লি। চাফম থকফম খংদনা কপ্পা কপ্পা থাবল ফরবা অহিং কয়াদা মিৎলু পীরাং শিন্থরুবা নশুংলাংগীদমক্তনি খন্থবীররোইদ্রা?

"থাদোকউ সুরেস, থাদোকউ সুরেস, "তামো তামো"। নলিনিনা খোঞ্জেল থোক্লা কৌজরুই অদুবু কনাগুম্বা অমত্তসু চংশিনবীরক্তে।"

"নলিনি নংনা ফনমক তামো হায়না কৌজরবসু মফম অসিদা লাক্কনি হায়বা অসিদি খল্লুহু। কনাগুম্বশিংনা নংবু কনবা লাক্লবসু নশুংলাংগীদমক্তনি, শিগ্রবসু ঐহাক করি অমত্তা চিংনদে। কনাগুম্বা কনাগুম্বীশিংনা নলিনি মশুংলাংগীদমক্তা সুরেস মথরায় থাগ্রে হায়নজহৌসনু ঐহাক নংগী নাক্তগী খোংফম অমক্তা লেংলোই।"

সুরেসকী থমোয়না ওস্থোক্লা পামজরম্লবোই; নলিনিমক নত্রবদি মহাক্কী পুন্সিসি হিংবা ঙমলোইদৌরি। মঙোন্দগী হেনবী কয়াসু মীতৈলৈবাক্তা লৈরিবনি; অদুবু তুংশিবা হায়বসিসু থমোয়গী মৈচাকনি। থমোয়না পামজরুবা মহাক নত্তনা মঙোন্দগী হেনবা কয়া লাক্লবসু সুরেসকী থমোয়নদি নলিনিতনা হেনগনি। তুংশিবগীদমক্তা অসুক থমোয় শোক্লা খনজবা তুপা অসিদা নলিনিবু পিথোকপদা অকায়বা লৈতে। অদুবু তুপীমচা অসিনা অসুক থমোয় শোক্লা পামজদবা মঙোন্দবু করম্না পীথোক্লুনি? মসিমসু

অরাইবা থবকতি নত্তে। তাঙ্গা অসিদা নলিনিনা থাঙ অমা পুথোরক্তুনা সুরেসপু থিন্নবা হোৎনরিবহু নুপা অহুনা উরে।

"ইবুংগী ইবেম্মা নলিনি ইবুং লাক্লে—ঐনা ইচলগী থরায় শোয়দনা কনগনি, থাঙ অহু থাদোকউ, নহাক্না সুরেসপু হাৎপা য়াদে—শে থাঙ অসি থাদোকউ।" খোঞ্জেল অহু তাবদা নলিনি মবুংগী মারকৈ তগ্না চংশিলখি। নলিনিগী মবুং অহুনা সুরেসপু মোমোম তৌনা য়েংলগা—

"সুরেস নংনা ঐগী ইচল নলিনিবু অহুক থমোয় শোক্না হুংশিজন্নবোই। নহাক্কী পুন্সিদা ইচল নলিনি নত্তনা কনাস্নু লৈত্রবরা? নহাক করি অমত্তা চিংনগনু, ঐনা নংগী নিংজবা আশা পুম্বা থুংহনগনি।"

"তামো ঐহাক সুরেসকী নাক্তা লৈবা সুকওম ওমলোই। মহাক মীহুংশি খংদ্রবা তমথিরবা শানি।"

নলিনি, নহাক করি অমত্তা চিংনগনু। মতম চুপ্পদা নংগীদমক্তা অসুক্কী মতিক খঞ্জবা রাখল অসিমক্না মহাক লৈফম চাফম খংদবৈ ভাওরবা মী অমনি। নংনা মাগী নাক্তা লৈরবদি মহাক শোয়দনা অফবা মী অমা ওইখিগনি। ইবুংনা হায়রিবসি নহাক ইল্লু, চৎলু নহাক সুরেসকী তুংইন্দুনা। "সরতকী রাঙাং তাবদা সুরেসনা নলিনিগী খুদাং পায়দুনা "ইবাই ইবুংঙোবু"; হরাও হরাও খুরুমজে। নলিনি সুরেসকী তুংইন্দুনা হোস—পিটানহুদগী থোকখ্রে।"

সরতকী মফমদদি ফনা নোকনিংবা থোদোক্নি। খোঞ্জেল থোক্লা ফাক ফাক নোক্লুরে। "অঙকপনি সংসার হুংশিবগীদমক্তা থমোয় শোক্লা তেংথাজরম্বা মহাক্লা পামজরিবা পোৎশক অহুবু ফংজরগা হুংশিবগী পন্থুং ওইরবোই। সুরেস তশেংনমক হুংশিবগী মৈচাক্লা ঙাওরবা মী অমনি। হুংশিবগীদমক্তা পামু খংদ্রেবা হকচাংনি। ওইজখিসনু ঐগী ইচল নলিনি মহাক্নী, চেৎনা-চান্না থমজখিসনু মাগী থমোয় প্রাতিমদা।" অমুকসু খোঞ্জেল থোক্লা নোকলি। সরতকী খোঞ্জেল তাবদা নর্স হুপী অহুসু চংশিল্লকই। মাগী মতৌহ্ উবদা অকিবা ফংনা থমোয়দা মিপাইবা পোক্লে। মহাক্লা লেপ্লিবা কা অসিগী মথুংদা নলিনি লৈহৌরি। নলিনিবু করি তৌরবা জাৎনেনে। করিগুম্বা থোদোক অমদি থোক্লম্বা তাই। নর্স হুপী অহুনা খরা লাপ্তুকনা লেপ্তুনা "নলিনি, নলিনি" তোয়না কোই। অহুবু নলিনিদি খুম্নকখিদ্রে। সরত রা অমতা ঙাংদবা মখৈ চপ লেপ্তুনা নর্স অহুবু মুন্না য়েংহুনা লৈরি।

"করিনো হুপীমচা নংনা নলিনিবু কৌরিবা, চংশিল্লকউ লাও, নং-ঐবু চিংনগনু চংশিল্লকউ।" নর্স অহু তপ্না তপ্না চিংনরবা রাখল অমগা লোইননা চংশিন্দুনা কা অহুদা চেপথ চেপথহুনা য়েংলি। নলিনি কা অহুদা লৈরমদ্রে।

"হায়য়ু হুপা নংনা খেক্লা খেক্লা নোক্লিবা করিগীনো।"

"করিগুম্বা থোদোক অমদগী নোক্লিংহুনা নোক্লিবনি। মহাক্লা মহু হংবগী করি কান্নবা লৈ।" অমুকসু হন্না শিথ শিথহুনা নোক্লকই।

"ভুমিন্না লৈয়ু হুপা ! ভানিংদে নোকহু ; নহাক্না মফম অসিদা লাকপগী অধিকার করিনো ?"

"ঐগী অধিকার লৈহুনা লাক্লিবনি।"

"নহাকী অধিকার ; নহাক হুরানবা লাকপা মীনি। হুজিকমক নহাকপু পুলিসতা পীগনি।"

"নংনা ঐবু পুলিসতা পীথোকপদা ঐহাক করিমতা শাও-রোই।" অতুগা মরম অমদি থংহনবা তাই !

"কা অসিদা লৈরম্বা হুপী অতু নংনা মফম থংদনা মাং-হনখিবগীদমক্তা।"

"মতু ঐনা মাংহনখিবা নত্তে, মহাক হুপা অমনা ফাহুনা পুখিবনি।"

"হুপা অতুনা হুপী অতুবু মশানা য়াদনা ফাখিবদা নংদি করি য়েংতুনা লৈহৌই।"

"হুপা অতুনা হুপী অতুবু য়াম্না হুংশিনা থমোয় শোক্না পামজৈ। মহাক্না পামজবতুগী হায়জ-নোঞ্জবা পুম্বতু হুপী অতুনা মায় করিমত্তা য়েংবীদ্রে। হুপা অতুগী থমোয়দা চাকলিবা মৈচাক মহাক্না করি অমত্তা থন্থবীদবদগী ঐনা হুপা অতুগী মতৌ য়েংঙমদতুনা হুপী অতু পীথোকখ্রে।"

"হুপী অতুবু নংগী মাঙদা মশানা য়াদনা পুখিবা, অতুদস্মু নত্তনা নংস্মু য়াওনা হুপা অতুগী মিচং ওইরুবা ! অতুদি হুপা নহাক চংপা য়াদ্রি।"

"নংনা ঐস্তু অমুক ফাখিগদোরিবা ! কয়াম কুইনা ফাখিনি ।"

"ঐনা নংবু ফাতুনা থমখিনি অককনবা মতম লৈতে ।"

"ঐহাক ইশানা য়ারে, অদুগা ঐনা হংলিবা রাহং অসিগী পাওখুমদি নহাক খুমখিবা তাই, নত্রবদি ঐবু ফাবা য়ারোই ।"

"নহাক্কী পাওখুম পিনবা মতম অদো ঐঙোন্দা লৈতে অদুবু হংনিংলিবা রাহং অদুদি করিনো হায়য়ু ।"

"নহাক খুম্বা ঙমগনি, নশানা য়ারে ।"

"নংগী রাহং ঐনা করি হায়না খুম্বা ঙমদনি ।"

"অদুদি শেংনা খুম্মু, নংনা ঐবু ফাতুনা থমগনি হায়রিবা অসিবু নংগী থমোয়দা ঐবু হুংশিবগী চাং অদু কয়া য়াম্না লৈরে ।"

"তুম্মিন লৈয়ু হুপা তানিংদে, অদুগুম্বা রাঙাং অদু ঐঙোন্দা থক শিজিন্নবা য়ারোই ।"

"নংনা ঐগী রাঙাং তানিংদ্রবদি ঐবু ফাতুনা থম্বা য়ারোই । অদুগা ঐগী ইফমদদি নংবু হুংশি হায়বস্তু ঙমলোই ।"

"ঐবু নংনা হুংশিবীয়ু হায়বগী রাফম নত্তে, মফম মরাং থংদ্রবা নঙোন্দা ঐনা হুংশিফমস্তু থোক্তে ।"

"অদু ওইরবদি ঐবু ফাতুনা থম্বগী মরম লৈতে ।"

"নংবু ফাতুনা থম্বগী মরমদি নংনা নলিনিবু হুরান্দুনা য়োম্থোকখিবগীদমক্তা মতিক চাবা দণ্ডি পিগদোরিবনি য়েংঙু নমিং থিংনা ।"

"নলিনিবু ঐনা পিথোকখিবগীদমক্তা ঐবু দণ্ডিস্তু পীবা অদুগা ঐনস্তু য়েংবা, মদুদি লাল্লি । নঙোন্দা পীরগা ঐনা য়েংগদবনি ।"

সরতকী মতৌ অতুমক্লা নর্স অতুগী থমোয়দা করিগুম্বা রাখল অমা পোকহনবা ঙমলি। মহাক অঙাওবা মী অমা ওইবা তারে। ঙাওবদা নত্তে হুরানবা লুট-পাৎ তৌবস্তু য়াওবা মীনি। ঐহাক্না মাবু পুলিসতা পীথোক্কনি। রাখল অসিনা চঙক্লনা লৈরিঙৈ মতমদা "শান্তিবালা, শান্তিবালা" হায়না কৌরকই। খোঞ্জেলতু তাবদা শান্তিবালাগী থৌনা হাপ্লরে।

"ডাক্টর ডাক্টর মফম অসিদা হুরানবা মী অমা লৈরে, মহাকপু অমুক্তা ফাসি লাও।"

ধীরেননা শান্তিবালাগী খোঞ্জেল অতু তাবদা পরপ পরপ চংশিল্লকই। "করি তৌরে শান্তিবালা—সরত নহাক মফম অসিদা করি তৌরমলিবা?"

"ঐহাক নংবু উনবা লাকলিবনি, ঐগী ইচল নলিনি লুহোংগনি হায়বা পাও অসি তারবরা?"

"করি নলিনিবু লুহোংবা!

"মানি নলিনি হংচিৎ লুহোংগনি, ঐ চৎলগেকো।"

সরতকী রাঙাং তাবদা ধীরেন মঙলানগী তাইবংগুম তাইবংদা মঙলাক্লরে। অতুবু সরতনা হায়বা রাফমদি শুকথা থাজদে। মহাক মথা চোইরবা মীনি। অমরোমদা মহাক অঙাওবা মী অমা ওইরবস্তু অচুম্বা ঙাংবা মীনি। নলিনিনা ঐবু থাদোক্লুনা অতোপ্পা মুপা অমদা চৎখিনি হায়বসিস্তু ওইথোক্তে।

"শান্তিবালা সরতসে অমুক্তা কৌরকখো, মহাক থাদোক-

খিবা য়াবা নত্তে। ঙসিদগী হোসপিটাল অসিদা থমগদবনি মহাক্কী মশা লায়েংদবা য়াদ্রে।”

“ডাক্টর মহাক অসিবু করম্বা মীনো অঙাওবা মীরা?”

“মহাক য়াম্না শাথিনা ঙাওবা মীদি নত্তে। মশাগী লাইরিক-লাইশু নিংথিনা হৈজে। শান্তিবালা মহাক্না হায়রিবা অসিবু অচুমবরা নংগা করি হায়না ঙাংনখি?”

“ডাক্টর বাবু তশেংবনি হৌজিক্তা থোকখিবা থৌদোক্কি মহাক অসি নলিনিগী মবুংনি হায়বা ঐহাক খংদে। ঐনা মবু ফাত্না থমগনি হায়রুবদা “ঐবু নংনা কয়া য়াম্না নুংশিদুনা ফাগদৌরিবনো” হায়না হংলকই। মাগী রাঙাং তাবদা ঐসু থিনা চৈরুরে। মহাক্না মতোমতা ফাক-ফাক নোকপত্ উবদা ঐহাক য়াম্না কিরুরে। নলিনিদো কনাগুম্বা নুপা অমনা য়াম্না নুংশিনা থমোয় শোক্না পামজরম্লমাল্লে, নুপা অত্না নলিনিগী মথোং কোন্দুনা হায়জবত্ উবদা মবুং অসিনা পীথোকখিবনি তশেংনমক নলিনিদি ডাক্টরবু উম্নবা লাকপনি। মানা হেক য়োরকপদা ঐগা হানলা থেংনত্না কা অসিদা ফমহল্লমবনি অত্দগী ঐহাক অনাবশিংগী হিদাক কাপ্লুরে। ঐহাক্না থোক্লকপদদি নলিনি লৈরদ্রে। নলিনিবু পুত্না চংখিবা নুপা অত্না কনানো হায়বা ঐহাক খংহৌদ্রে।

“শান্তিবালা নহাক সুরেস অমুক্তা কৌরুচো।” শান্তিবালা সুরেস কৌবা চংখি। ধীরেন মাগী কাদা চংত্না য়েংই। পোং চৈ খুদিংমকসু চাইথায়ত্না লৈবা থরা, তুত্না লৈবা কোঙ্গাইসু

থংনরে। ইচাই-চাইখায়রুনা লৈরিবা ফমুং'দো শেমজিনগে হায়না তৌবদা ফমুং মথক অদুদা অথুপ্পা চে অমা তাদুনা লৈরম্মী। ধীরেন্না চে অদু পায়খৎত্তুনা চৌক্রি মথক্তা ফমথরে। চিঠি অসি নলিনিনা ইরকপনি হায়বা অসি ধীরেন্না খংই। মসি পারুরগা ঐগী থমোয়দা করি ফাওরকপা য়াই; নত্রগা পাদুনা মৈ থাদোকপ্রবদি হুংশিবগী মৈচাক অসি কোকহনবা ঙম্লগদ্রা? ওইথোক্তবনি ঐহাক য়েংলরোই! নলিনিগী মখুৎনা ইরম্বা চিঠি মৈ থাদোকখিবনা হেন্না ফৈ। হুংশিবগীদমক্তা ঐগী থমোয়না কপ্পা কপ্পা খাংসনু ঐগী থমোয়নদি নলিনিবু পুন্সিগী নিংশিংদবা ঙমলোই। ঐগী মরুপ সরতকীদমক্তা খল্লুরবদি নলিনিবু ইচল অমগুম্না তরাম তরাম ওকপীবা য়াই।

"ডাক্টর বাবু—ডাক্টর বাবু, সুরেস মাগী কাদা লৈহৌদ্রে; মাগী কা'দু থোঙ লোন্দুনা লৈহৌই। অতৈ কাদসু য়েংলক্লে।"

"শান্তিবালা মহাক লৈরম্লরোই; নলিনি পুখিবা হুপাদু সুরেসনি।"

"ডাক্টর করম্না সুরেস ওইগদৌরিবা, নলিনিগা সুরেসকা মরি অসি লৈনবরা?"

"মতম অমদা নলিনিবু সুরেসনা য়াম্না পামজরম্মী হুজিকসু অদুমঙাই। ঐনা নলিনিবু হুংশিজবা অন্দিগুম্না সুরেসনসু নলিনিবু হুংশিজে হায়বা ঐহাকসু খংই। সুরেসনা নলিনিবু পুখিবদি মাগী থমোয়দা চাকলিবা হুংশিবগী মৈচাক অদু কোক্লবগীদমক্তনি।

খংলে শান্তিবালা ঐহাক চৎগ্রগে।" ধীরেনগী থমোয়হুংদা নলিনিবু অসুকী মতিক হুংশিজৈ হায়বা অসি শান্তিবালা তশেংনা খংখি। ঐহাকী ইমাঙদদি মহাক মিৎলুদগী পীরাং শিম্থদে হায়বদা মঙায়রে। হুংশি মৈচাক্লা কাহৎলবা মাগী থমোয়দা ফুমহুনা থমলিবা রাফম অত্ত ফাওবা ফোংদোকফম খংদনা চৎগ্রবা ধীরেন্নি; মহাক্লা নলিনিগী-দমক্তা খল্লিবা রাখল, কারন-মৈচাক পুমিন্নবা য়াবসু নত্তে। নলিনিগী মহুৎ শিনবসু ঐনা ঙমলোই! নলিনিগী থমোয়গা ঐগী থমোয়গা মান্নদে। ধীরেনগী অরাবহু উবদা হৈঙম শিং-ঙমদ্রবা নর্স অহুসু কা অহুদগী থোকখ্রে।

---

# "মাগী মায়থোঙদা"

অয়ুকনি, ধীরেন নলিনিগীদমক্তা খন্থরুবদা লৈফম চাফম খংখিদ্রে। নলিনিগী মায়থোঙ, শাবান মুত্তি পুম্বা কায়দনা ধীরেনগী মাঙদা লেপ্তুনা লৈবগুম তৌরি। মহাক মতোমতা মাগী কাদা ফমতুনা লৈবা ঙমসিলক্তে। ফমলু-ফমলুবা, লেপ্লু-লেপ্লুবা মফমদা নলিনিগী রাখলতনা মাবু লমজিংলি। নলিনিগী রাখলতনা লুপ্লবা ধীরেন হোসপিটালদা চৎলরোই খল্লুরে। নলিনিগী মায়থোঙনা য়েক্তুনা ঙাল্লিবা থমোয়গী থরুবা মঙালসে করম্না মুৎকদগে তত্তনা খঞ্জরুই। থাইদগী হেন্না পুবদা রারবা পোৎলুম অমগুম্লবা থুংশিগী পোৎলুমনি। অসিগুম্লবা মৈচাক অসি কোম্নবা পাম্নে থিরুগে হায়না খল্লকলে। কনাগুম্বশিংগী রাঙাং-দদি নিশা শিজিন্নরগা অরাবা রাখল পুম্বা কোকই হায়। ঐহাকসু নলিনিগী রাখল অসি কোম্নবগীদমক্তা নিশা শিজিন্নতুনা য়েংলসিরা। অদুবু রামনা বনদা লৈরিঙৈদা মাগী থুপী সীতা রাবণনা ছুখিবদগী রামগা-রাবণগা লান্থেংনতুনা সীতা অমুক হন্না ফংজখি। লঙ্কা তুম্না মৈচাকখিবতা নত্তনা রাবণ মৃতু ওইখি। ঐসু রামগী মতৌ অদু লৌতুনা সুরেসপু হাৎলগা নলিনিবু মুন্নুবনা থুংশিবগী থমোয় অদু ওইরগদ্রা? নত্তে সহাজহাননা শাখিবা থুংঙৌগী তাজমহল মমতাজ মঙ্গুংলাংগীদমক্তনি। অদুবু ঐগী নলিনিদি সংসার থাদোক্তুনা চৎখিবা নত্তে। মবুং অদুগী

খুশিল-থৌরাংনি। ঐহাক সুরেসকী মফমদা করিগুম্বা অয়েংপা অমত্তা তৌররোই। ঐহাক লুহোংবা চৎকনি। নলিনিবু পোক-নিন্নবা ইচল অমগুম্না খনগনি অত্তবু নলিনিনা সুরেসকী মনাক্তা লৈরগা করম্না ঐবু কাওডমগনি। শিন্থরমনি মগাক্কী কংবা নাইড্রবা মিৎলুগী পীরাং, ঐহাক্তগী রাখলতনা কঙাওয়াসু খাংলমগনি।

× × × × ×

কয়াদা ফজখ্রবা মফমনোংশে, নলিনিগীদমক্তা তনাজিয়া অট্টন-পোং মচি অমদা পুল্লপ তাশিন্দুনা থমলি। এং ঐনা মহাক্কীদমক্তা তমবীখিবা অলমিড়া অত্তসু থমলি। মীপুম খুদিংমক্সু য়েংদুনা হরাওনরি। মচল হুপী অমা লুহোংবদা মবুং অসিনা নিংথিনা পাংথোকপী হায়বা রাফম অসি লেমজনফমনি। মবুং অসিগী মহৌগা হায়রুরবদি অসুয়া তৌবীগনি হায়বসি থাজদবদি, হায়না ঙাংনবসু কয়া অমা যাওরি। ধীরেন থবক-ইস্না নোম্বা রাবত্তুনা চুরুট মচৈ অমা থক্তুনা সরতকী কাদা ফমলি। চাক চানরমদাইগী মতমনি। মীসু অমত্তা লাক্রদ্রি। তাঞ্জা অসিমক্তা নলিনি ধীরেনগী নাক্তা চংলকই শুৎ-শুৎ হায়বা খোঞ্জেল অত্তুনা ধীরেনগী নাকোং য়োরক্লে। হন্না য়েংথোকই—

"নলিনি করিগীনো নংনা ঐ উরগা কপ্লিবদি চংশিল্লকউ লাও ইবুংগা রারি শাসি; ইচলসিদি কপ্লত্তুদা হৌজিক কপ্পবগী মতমত্থু লৈত্রে। মীনা উরগা য়েংবদা ফজদে।" ঐনা ইচন নলিনি হায়না কৌরগা মহাক মিৎলুদগী পীরাং লেপ্তুনা শিন্থরক্লি

ঐনা ইচল হায়না কৌবসে মাগী থমোয়দা য়ানিংদ্রি। ঐবু লুংশিবগী মৈচাক্তু মাগী থমোয়দসু কোক্তরি। ধীরেন কা অতুদা ফাক-ফাক নোক্তুনা তেবল মথক্তা খুৎতুন্না থাই। "ইশ! কনা তারম্লগনি" ফুক হৌগত্তুনা কোয়েং য়েংই। ধীরেন মশাত্তু তফিং-তফিং মফি-মরোল শেৎচিন্দুনা হোসপিটাল তমনা চৎখি। আশানা লেপ্লম্বা নলিনিগী মায়থোঙ য়েংলম্মী মিৎকুপ্তুনা অঙাওবগী পান্দমগুম। নলিনি মশুংলাংগীদমক্তনি থল্লিবা রাখল্ চৎলিবা শাজৎ, অতুবু লুংশিবা হায়বতুদি করম্বা পোৎশকনো?

রাখলনা থুমহৎলবা ধীরেনগী হকচাং, মতম খুদিংমক্তা মহাক্কীদমক্তা থঞ্জবতনা পোত্থাফম ওইরি। শাগৎলি মহাক্তনা মালংদা আশাগী নিংথিরবা ফুরা কয়াসু। কনাগুম্বা কনাগুম্বী-শিংগী হরাও-তয়াম, নোক-খেবা খোঞ্জেল তারগা শা-লানগী তমথিরবা খোঞ্জেলগুম ওইহল্লি। তেংথাজৈ থমোয় শোক্লা শন্তরি মিৎকী পীরাং নিংঙমদনা। পুম্নমক অসি অরেম্বনি; যাগী ফিজেৎ শেৎক্তুনা চীঙোং চীংয়াদা লাই নিংলুরগে হায়না ল্লুরবা রাখলনি। অতুবু লাই নিংতুনা উমং-রামংদা লৈবগী হুত্তা খুদোংথিরবা অরাবা কয়াগী মপু ওইরবশিংগী তেংবাংবীবনা হন্না ফৈ হায়নসু নিংলুরে। তাঞ্জা অসিমক্তদা মপালদগী খোঞ্জেল মমা তাবা ফংই। ধীরেনগী থঞ্জরম্বা রাখল, শাগৎলম্বা আশা ম্বা মালংদা কঙাওননা পাইখি। ধীরেন মকোক নাল্ল-নাল্লদুনা পাল্লোমদা থোরকই। থোঙজিল হেক কান্থোরকপদা ইচুম ফমগী খোংথাফম অতুমক্তদা লেপ্লিবী কেজ-মৌজদ্রবী লুপী

অহু উবদা ধীরেনগী মফমদা রাখল অমা পোকহল্লি। ঙাইহাক চংঙক্লনা লৈরুরবা মতুংদা—"করি থবক্কী ওইবীরবনো, লেংশিনবীসি ফীদা শোমদা।" হুপী অহুনা ইকায় হঙ্গোয়না ধীরেন্না থাহুনা শমল্লিবা চৌক্রি অতুদা ফমথে।

"তাকপীয়ু ইমা, করি-করম্বা অনা অয়েক য়াওহুনা করম্বা খুদোংথিবা থোক্লবগে।?"

"ইবুংঙো নংবু ডাক্তর ধীরেন হায়বা অতরা?"

"মানি ইমা ঐহাক ডাক্তর ধীরেন মায়বত্নি।"

"ইমানা লাকচবদি অতৈ করিস্সু নংচদে। ঐগী ইচা হুপা অমা নাহুনা লৈরে, অতুদা ডাক্তর অমত্তা কৌজনিংহুনা ঐহাক হেক্তা লাকচরবনি ইবুংঙোনা অমুক্তা য়েংবীয়ু। হুপীনা ডাক্তর কৌই খনবীরবস্তু রারৌবীগন্তু।"

করিগী রারৌরুগদৌরিবা! চাওখৎলবা মতমসিদনু হুপা হুপীগী মথৌ থায়হুনা লৈগদবা নত্তে। থায়নগী হুপীনা মাইবা-ডাক্তর কৌবা য়াদে হায়বগী মতৌগুম হুপা ঙাইরিঙৈদা অনাবা শুঙ্কাং য়োগনি, হোৎনগদবনি পাঙ্গলনা হেক শুমলিমথে।

"মানি ইবুংঙো, ঐহাক্কীনি হায়বদা থোইদোক্না থরায় য়াওবীবা মী লৈজদবনা চোকশিল্লবা মতমদা ইচাহুপী অহুতা মঙাই। নখোয়'খুরা অহুনা লৈখিদ্রবা মতুংদগী হুপামচা অহু হেক নাশিললক্লে। মীতৈগী মাইবা কয়া কৌহুনা য়েংলবনি। অসি ফাওবদা সিনি হায়কম খংখিদ্রে। লায়েংবগা সোরাতকদা চংখিবা শেল হায়কম খংদ্রবনি। ইবুংঙোনা ননাও অসিতদি অমুক্তা চানবীয়ু।

ইমাগী উপায় হায়ববু নহাক নত্তনা কনাস্থ লৈজদ্রে।" লুপী অহুনা মমিত্তা পীগী ঈরা হৌদুনা ধীরেনগী মখোং পায়দুনা থুরুমই।

"নত্তে নত্তে ইমা ঐঙোন্দা খুরুমগদবা নত্তে। ঐনা অনাবা লায়েংবা ঙম্বস্থ নত্তে। ঈশ্বরগী মফমদা নোঞ্জগদবনি, ঐগী শেংলবা থমোয়গী ভক্তিবু পেনবীরবা মহাক্তনা অরাবা পুম্বা কোকপীগদবনি। ঐহাক শোয়দনা চৎচগনি, ইমাগী অঙাং অদু ঐনা শোয়দনা লায়েংজগনি ঈশ্বরনা থৌজানবীবা ওইসনু।"

ধীরেন মফি-মরোল তোংদোক্তুনা মখল-মথেলগী লৈজবা খুংলাই, হিদাক্কচিংবা লোইনদুনা অহল অদুগা থোরকই। ধীরেনগী রাখল লমজিং তুংইন্না অহানবমক্তদা থেংনবা লাইরবী লুপীনি। মহাক্না ঙাংলিবা রাঙাং অমিমক্তদি মহাক্কী উপায় কনাস্থ লৈজদে হায়বা তাক্লে। মহাক্কী য়ুমলৈ-কৈরৈ ফিভম খরদা য়েংলগা অমুক হেন্না থংবা ঙমগনি। লুপী অসিগী মশা অসি মতম কুইনা চারক-শক্লক্তুবী মী অমগুম্না উরি। ঐহাক্না ঙম্বমখে তৌফম পোকপা অদুদি তৌদুনা মহাক্কী মচানুপা অমিতদি লায়েংলগে। ধীরেনগী পুকচেলদা অমকপা লৈতনা খল্লি।

অহল অসিগী থোঙ্গাল অদু য়োরকপদা ধীরেনগী থমোয়দা অনৌবা আশাগী মঙাল অমা ফাওরক্লে। মতম কুইনা কাইনখ্রবা কনাগুম্বী'মবু নিংশিংদবা ঙমজদে। য়েংলু য়েংলুবা মায়কৈদা চিংনবত্তনা মথৌনি। গাড়িদগী কুমথদুনা থোঙ্গাল অদুদা মুন্না য়েংলি। "করি তৌরবগে ইবুংঙো?"

"করিস্থ তৌদে ইমা, করিগুম্বা অমা নিংশিংলক্তুনা……।"

"করি অমুক চিংথরন্নবগে ?"

"করিসু চিংথরমদ্রে চংলসি য়ারন্নি ইমা।"

"ইবুংঙো চংশিল্লকউ চংশিল্লকউ,—ইবেম্মা, ইবেম্মা দেবেশ্বরি ফিদা অমত্তা পুথোরকউ ডাক্টর লেংলক্লে।" ইমুংলোমদা পরপ পরপ চংশিনখি। মমাগী খোঞ্জেল তাবদা দেবেশ্বরি ফক অমা পুথোক্তুনা হেক থোরকই। "দেবেশ্বরি" হায়বা মিং তাবদা নত্তুনা শক্কা-শক্কা হেক উন্নরবদা থমোয়দা থুক লাওবা অমা পোকহল্লি। দেবেশ্বরিগী মায়থোঙ শাবান মুত্তি মহৌশাগী দেবেশ্বরি অত্নদগী ফিভম অমা ওল্লমলে। মঞ্জুনরবা লৈ মচুগী ফি মতেক অমা ওই-ওইননা হায়গত্তুনা থোরকই। মহৌশা অত্নঙৈগী থমোয় অত্নু অমুক হন্না পোক্লখিদ্রা, ধীরেনবু উবদা থোয়দোক হেন্দোক্লা ইকাইজবী দেবেশ্বরিনি। ফক অত্নু থাত্নুনা কৌসি কৌঙমদা কৌনুসি কদায় চংঙক্কনা ঙাইহাক লেপ্লিঙৈ ধীরেন খোংউপ লৌথোকই। ইমুংদগী মমাত্নু থোরক্তুনা—

"ইবুংঙো ইবুংঙো য়াওজসন্নু ইচাসিদি কাখৎলু কাখৎলু।"

"ঐহাক ইশানা হৈনজত্নুনা তৌবনি। রারোবীবা য়াদে, অনাবগী নাক্তা হেক্তা ফমজরগে।" ধীরেন ইমুংদা চংশিন্দুনা অঙাং অত্নুগী মনাক্তা ফমলি। দেবেশ্বরি অমসুং মমা, ধীরেনগী মনাক্তা লৈ। ডাক্টর ধীরেন মাগী তৌফম থোকপা খরত্নু য়াম্না চোকশিন্না য়েংলত্নুনা হায়রকই—

"ইমা অঙাং অসিগী মশা অসি খরদি শোকচিনগ্রে। অদুবু হোৎনত্নুনা য়েংবা হায়বত্নুনি, ঈশ্বরনসু থৌজানবীবা ওইসনু।

"ইবুংঙোনা ফনবা মওংহু য়েংহুনা হোৎনবীবা তারে, ঐগী অরা-পোথাফম ওইরিবা হায়ববু মচিল-মোপ্‌াবু য়েংজন্নগা লেঙবা অসি নত্তনা অতৈ অমা লৈজদ্রবনি। হৌজিক্লা করি হিদাক তৌগদৌরিবা?"

"ঐ হৌজিক হিদাক অমুক্তং কাপচরমগে ঈশিং খজিক্তং শাহনবীয়ু।"

"ইবেম্মা দেবেশ্বরি ঈশিং খরা শাহল্লুচো চৎলু" হায়রম্নগা মপাললোমদা থোকখ্রে। দেবেশ্বরিস্নু হৌগৎত্তুনা ঈশিং শাহন্নবা থৌরাংলি। শাহনগদবা ঈশিং অতুদি কয়া য়াম্বনো হায়বা অত্নদি খংদ্রে। হংবস্নু ইহৈ হৈনদবগুম চেপথ-চেপথত্নুনা ধীরেনদা মুনা মুনা য়েংলি। ধীরেনদি হন্না অমুক য়েংলুবা শংজদনা হিদাক য়েত্তুম্নচিংবা লৌথোকপা হোৎনরি। খন্দবা নত্তে ধীরেনগী থমোয়দস্নু! ঙক্লা থোকই, মফম অসিদা করম্বা ঈশ্বরনা থাজিন-বীরক্লিবনো। হন্না অমুক্তং য়েংথোকলুবদদি দেবেশ্বরিনা য়েংহুনা লৈরম্বা মতাং অত্নগা চান্নরুরে। দেবেশ্বরিগী মফমদস্নু ইকাইবা অনগা লোইননা মিৎ—কুফেৎ-কাফেৎ, মায়-মায় লৈথোক্লখি।

"ঈশিং অতু শাবীরবরা?"

"ঈশিং অসিবু কয়া য়াম্না শাহনবীগদৌরিবনো, খরদি থাংগৎচরি।"

"পংয়াম য়াম্না চংগদবা নত্তে। তাঙ্গা অসিদা মমাস্নু হেক চংলক্ত্‌না—"দেবেশ্বরি, দেবেশ্বরি ঈশিং হায়বত্নু শাহল্লবরা?

ধীরেনদা ওনশিন্দুনা "সে-সে ইবুংঙো চুরুটসি থকউসে। ইবেম্মা চাসু খরা লোনসি।

"তৌবীরুবু তৌবীরুবু য়ারনি হিদাক অসি অমুক্তা কাপ-থোকখিসি— মেম্মা ঈশিং অতু পুরক্লো।" দেবেশ্বরিনা ঈশিং অতু পুথোরক্তুনা ধীরেনগী মাঙদা থমই। ধীরেনসু শেম-শাবা লোই-রতুনা অঙাংতুগী হিদাক কাপ্পীরে; খুৎশু-খুৎলাই পুম্বসু লোয়-শিললে। ধীরেন্না হিদাক খরা পুথোক্তুনা—

"ঐখোয়গী মেম্মাসু লাইরিক খরদি তমহৌরিনিনে।"

"তমহৌই তমহৌই ইবুংঙো বিঃ এঃ অহানবা হায়বতু-ফাওবা তমহৌরগা অনিশুবসু পরিক্ষা থাবা ঙমদ্রতুনা লৈহৌরবনি।"

"এঃ অতুদি ইমা য়াম্না ফরে, মেম্মা হিদাকশিং অসি মতম নাইনা পিথকউ। মহাক্কী ময়াদদি কৰিমতা তাবা য়াদ্রবনিনা তপ্না-তপ্না খজিক খজিক ইনবীয়ু। অনাবা অসিনা হেন্দা হেনজিল্লক্লগা হোসপিটাললোমদা লাকপীবা য়াগনি। য়াম্না সম্বা অমনা ফোল হেক্তা তৌবীরক্লবসু য়াই, ঐহাক শোয়দনা হোস-পিটালদা লৈগনি" হায়রন্নগা চে মচেৎ অমদা কৰিগুম্বা খরসু ইতুনা থনমই।

"ইবুংঙো, সি'মুক্তা! য়ামদি য়ামজদ্রে তুংদা অমুক তৌবা হায়বতুনি"। লুপা নিকুখক পুথোক্তুনা ডাক্টর ধীরেনদা পিরকই।

"লৌজরোই, লৌজরোই, ইমা ইনাওসিতা ফরগা লোইরে।" ধীরেন শেল অতু লো হায়বা য়াখিদে।

"ইবুংঙো হিদাক্কী মমলতা ওইরবস্নু পায়শিনবীখো। ঐহাক য়াম্না ইকাইরে, ইচাগীদমক্তনি লৌশিনবীয়ুসে।"

"করি হায়না ইকাইরুগদৌরিবনো, ঐহাক লায়েংবা চৎপা মতমদা মীঙোন্দগী শেল লৌবা হায়বসে মতম অমদা লৌরম্মী অতুবু ঐহাক্না হুংঙাইজদবা মরম খরদগী শেল লৌররোই হায়তুনা লৌজদ্রে। ঐগী হায়ববু গভর্ণমেণ্টনা থাগী ওইনা খরা পীবীবা অসিনা অপেনবনি। মীগী মতেং পাংজবগী হুংঙাইবতু মাংহনবীগনু।"

তাঞ্জা অসিমক্তদা মীয়াই ওইরপ তৌবা হুপা অমা লাক্তুনা "রজনি-রজনি" হায়না কৌরকই। রজনি মপান্দা পরপ-পরপ থোক্তুনা "তাইবুংঙো-তাইবুংঙো, লেংবীরকলিবরা, লেংশিনবীরকউ।"

"নখোয়গী ইমুং অসিদি য়াম্না হুংঙাইরম্লপোৎনিনা। ঐগী অতুবু করম তৌসি হায়বগে? ইঙ্খোল ওইনা রেজিষ্টার তৌথোক্লসি হায়বরা, শেল ওইনা তৌনরসি হায়বরা অমদি খল্লু। মচিৎ-মচিৎ লৌশিনবদনা শেন্দোয়-শেল্লেপ ফনদি য়ামশিল্লক্রে।"

"হোয় তাইবুংঙো শেল ওইনা তৌনরবস্নু ইঙ্খোলবু ওইরবস্নু থা অসিগী মতুংদা লোয়নবা হেক হোৎনজরগে।"

"রজনি নংনা থা-থা হায়রকপসি ফনা য়ামশিল্লক্রে, হন্দক্তি অতুগা য়াদ্রে; ইঙ্খোল ওইনা হেক্তা লৌরগদবনি।" ধীরেনস্নু মখোয়গী য়ারীতু মরক থৎতুনা "ইমা ঐস্নু য়োজরে।"

"লেংবীরো লেংবীরো ইবুংঙো ; ইবুংঙোগী থৌজাল্লদগী ননাও অসিবু ফনবা অমুক্তং হোৎনবীয়ু ।"

ধীরেন বেগ অছু পায়ছুনা থোরকই। তাঞ্জা অসিমক্তদা দেবেশ্বরিস্থ নিংঙমদবা রাখল অমগা লোইননা "রারোবীবা য়াদে, লাইরা মচা ওইবনা সেবা নিংথিনা ভোবা ঙমজখিদ্রে। মভুংদা অমুক হোৎনজবা হায়বত্থু মঙাইরে। অদোমগী তৌবীমল পুন্সিগী কাওজরোই।"

"ঐহাক য়াম্না হুংঙায়জরে, য়োজরগে" ধীরেন গাড়ি থৌ-দোক্তুনা চৎখি। ধীরেন্না চৎখিবা মাইকৈদা দেবেশ্বরিস্থ মিৎ-কুপ্তুনা য়েংলি। ঙসিদা ওইনা অমুক নৌহৌনা ধীরেনগী মায়-থোঙ উরুবদা থমোয়দা অনৌবা আশাগী অনৌবা রাখল্ অমা ফাওরক্লে। "ধীরেনমক্না ঐখোয়গী য়ুমদা অস্থুন্না খোংদারক্কনি হায়বসি থাজরুদ্রবনি, ঐনা নৈরিবা ফিভম অসিগা ওন্থোক্না ইকাইজখ্রেদা !" দেবেশ্বরি ইমুংদা পরপ-পরপ চংশিন্দুনা মাগী কাদা ফমই।

ঐনা ঙসি ধীরেনগী মায়থোঙ উরুরগা থমোয়দা থোয়-রাংলকইবসি করিগীদমক্তনো? ঐহাক নিংশিংদবা ঙমলোই। নিংঙমহৌদ্রবা থৌদোক্নি। মতম অমদা মাগী থমোয়না ঐবু অস্থক্কী মতিক হুংশিজরম্মী। হুংশি মৈচাক কোক'উপাই, ঐগী ইফমদা হায়ফম থোকপা রাঙাং ইফম থোকপা চিঠি কয়াস্থ ইতুনা পিরক্লে। মতম অহুদা ঐনা রাফম খুদিংমক থৌশাবীখিদে। হুজিকস্থ ঐবু হুংশিবগী থমোয় অছু ওইরমখিগদ্রা? নোংমা

মানা লম্বীদা হায়রম্বা রাঙাংন্থ পুন্সিসিদা কাওগনি হায়বসি ওইথোক্ত্রবনি। মতুদি করিগীদমক্তনো মানা হায়রম্মী "ঐনদি নংবু অসুক্কী মতিক তুংশিজৈ, নংগী থমোয়দদি ঐবু তুংশিনবগী রাখল মচেৎ অমতা পক্ত্রবরা।" ঐনা হায়খি—"কান্নদবা রাফমদা ওইরোইদবা থবক্তা খোঙথাং কনশিল্লকপসি নহাক্কী লেমজফম ওইরোই।

"দেবেশ্বরি নহাক অসিমদি মুন্না থল্লু, মীওইবগী পুন্সি হায়বসি খুদোংথিবা কয়াতনা মাঙ থাতুনা লৈ। খুদোংথিবা থোক্লবা মতমতুদা হায়জ-নোঞ্জবা হায়বসি মহৌশানি; ঐনা তশেংনা পামজবদি নহাকপু নমতুনা তুংশিবীয়ু হায়বা নত্তে। নংনা কনাগুম্বা অমগী মফমদা থরায় হকচাং কৎথোকখ্রবসু ঐনা হংলিবা রাহং অসিগী পামজবা পাওখুমদি য়ানিংই-য়ানিংদে হায়বা রাফম অসিনি" হায়রম্লগা "চৎসি ইতাও সরত" হায়তুনা মাই হুৎ লৈখিবা! মতম অতুদা ঐনা মাগী পাওখুম পীনবগী-দমক থল্লুবদসু হকচাং অসি হুমাং অনপ্পা কারকই। তথি তথি হায়রুরবসু মহাক্তি নুপানি করি হায়রকদগে ঐবু মীয়াম মাঙদা, খোঙঙ্গোয়নবীগদ্রা হায়নসু কীজৈ। নিংথিবী লৈরাংগী মাইথোঙ উবদা নাপ্পা চিক্লা খোয়মুনা চিরোল তৌরম্বা মহৌ-শানি। লৈরাং লৈনম তাবদা কঙাওননা পাইরকপা খোইমুনি।

মালং ঈপোম্লক্তা হাইনা হুম্না খাংজরবসু মালং তাম্বা চানা লৈরাং নাপা ঙংজবা মহৌশানি মহৌশা। ধীরেন্না অমুক হুম্না ঐগী ইফমদা তুংশিবগী ভিক্কারি অমা ওইনা

তিংথোক্তুনা নিরগনি হায়বসি ওইথোক্তবনি। ঐনা চংজরুবা নত্তনুদি মানদি ঐগী ইনাক্তগী লাপথোকখিবদা শরুক ওইগনি। মতম অত্তুগী থৌদোক খরা নিংশিংলুরবদি মিৎলুদগী পীরাং শিন্থদবা ঙমজদে। মতম অত্তুদা হুংশিরম্বা মীওইশিংদি অচৌ-পীশক নাইনা লাইর-ইনাকখুনবা খাইরমই। খল্লিবা রাখল অসিগী মতুংইন্না ঐনা ধীরেনবু হুংশিবা ঙমখিদ্রে। তশেংনা খন্থরুরবদি ঐহাক হুংশিবগী থমোয় পান্দ্রবী হুপীনি। ঐনা খল্লিবা রাখল অসিমক কনাগুম্বশিংনা খন্থরম্লবদি, লাইরবী, মশক থিবী কয়াদি কাংখ-থাঙ ওইহুনা লৈহৌনি। মতমগী খোঙ-থাং, হুংশিবগী ঈহৌ চহি কুমজা কয়া হৌরবসু তুরেলগী ঈচেলগুম লেপ্তুরি। ঐগী রাখল সরত পূর্ণিমাগী মাইথোংঙ উরুবদা; ইঙা থাগী নোংহৌনা য়াঙ্গংলবী তুরেলবু নোয় পেলহনবগুমনি। লেপ্তুনা চেল্লিবা তুরেলগী ঈচেলদি পন্থুংফম লৈরি। ঐগী থমোয়দা হৌরক্লিবা রাখলগী পন্থুং, শকথংদবা কনাগুম্বা অমগী মফমদা হেক্তা ওইবা য়াগদ্রা? হায়দা হায়জিল্লুরবদি কিত্তনবু চেনখিবা য়াই। মী অমনা মী অমগী নফমদা হুংশিবগীদমক্তা ফোংদোক-নরিবা রাখল খন্দবা নত্তে, ঐগী মাঙদসু হুংশিবা-হুংশিবী কয়াগী মওং য়েংলুরবদি হুংশিবগী পন্থুং থুংনবনা ওইখি। কলক-মিহৌ-বসু হুংশিবগী শরুকনি হায়বদা অরানবা লৈতে। হুংশিবগী গুণ অমা লৈ, মশক ওইনা পুথোকপা ঙমলোই ময়ামদগী তোপ তোপ্পী। হুংশিবগী অশেংবা থমোয় ওইখিবা হুপা হুপী অত্তুদি সমাজদগী তোপ-তোপ্পী, পৃথিবীগী অফাওবা হৈ-শিংলবা মীওই ...ানা হুংশিবগী চাং পুথোকপা ঙমখিগদ্রা?

তশেংনমক ধীরেন্না ঐবু অসুক্কী মতিক নুংশিজে। নুংশিবগী মৈচাক অদুনা ইতুং কোয়না ইন্নরম্মী। কলেজ চৎপা খুদিংগী মহাক্না লম্বীদা তত্তনা ঙাইরম্মী। অদুবু মহাক্কী রাহং ঐনা মতম খুদিংমক্তা পাওখুম পীরমদে। "দেবেশ্বরি, দেবেশ্বরি ঐ নংঙোন্দা রা অমতা হায়গে নংনা ঐগী পাওখুম পীবা ঙম্নগদ্রা? ঐনা খনবদদি ঙমগনি হায়না খল্লি। অদোম্না করি হায়না খুম্বীরক্কদগে হায়বদুদি ঐহাক খংজদ্রে!" ধীরেনগী রাহং অদু তাবদা ঐনা শাওরংননা—

"নংগী রাদু তাডুনা লৈনবগী মতম ঐহাক শংদ্রে; ইকাইজে খরা থুনা চৎপিখরে।"

"নংনা ঐবু তানদ্রবসু ঐহাক শোয়দনা চৎখিগনি দেবেশ্বরি, ঐনা নংবু থক্করুবা আশাগী তুংইন্দুনা কোংদোক্করিবা রাফম খুদিংমক অসি নহাক করিগত্তা খন্থবীররোইদ্রা?"

"ঐঙোন্দা মদু খন্থরুনবগী মতম লৈতে। নংনা হংলিবা রাহং অদুগী পাওখুম ঐগী রাখলদা পোক্করি, রাহং খুদিংমক অরেম্বা ওইগনি।"

"অচুম্বনি দেবেশ্বরি, ঐগী রাহং খুদিংমক অরেম্বতা ওইরি। মদুগা পুন্সিদা কাওরোইদবদি ধীরেন কোবা নুপা অমনা নংগী ফমদা অসুক্কী মতিক থনোয় শোক্না ইকাই-ইকি রাংমা লান্না য়জরম্মী হায়বসি কাওরোইদবনি। ঐহাক অঙ্গুর ফংদ্রেগা শিল্লি হায়বা লমহুই অদুদি নৎচদে।"

ঐনা হন্না য়েংথোরকপদদি ধীরেন লৈরমদ্রে। অমরোমদা খল্লুরবদি মহাক পুকচেল চাওথোকপা ঙম্বা হুপানি হায়বা য়ায়। মহাক্না ঐবু সমাজগী মাঙদা হুপী ওইবীগী ইজ্জৎ অতৃদি মাংহনবীরমদে। মহাক্কী থমোয় অদু কয়াদা চমথ্রবা! মহাক্না ঐগী য়ুমদা লাক্তুনা ইপ্পা লায়েংবীরমলি। হায়জে ইমানসু মহাক্কী মফমদা। ঐগী ইফমদদি থোয়দোক হেন্দোক্না ইকাইজে। মহাক্না ঐবু ইখং-খজিন্নদবা শাতনা মচল অমগুন্না মেম্মা হায়না কৌবা ঙম্বগী থৌনা অদু ফাওবা লৈরমই। ঐগী থমোয়দদি খ্বাই-খ্বাই লাওই। মহাক্কী রাখলদদি হুংশিবগী চৈনাখোল পুম্বা কাওথ্রবা জাৎলা? ধীরেনবু হুংশি হায়দুনা ইমান্নবী কয়াগী মফমদা ফোংদোক্লুরবসু, মখোয়নদি হুংশি লৌনম্বীনি মীগী মচা ডাক্টর অমবু পামজদুনা তৌবনি হায়বসি শোয়দ্রবনি। ইকাই হুংশি য়ান্নলা খাংঙমদ্রবা দেবেশ্বরি মিৎলুদগী পীরাং শিন্থজে। মপাল্লোমদগী মমানা—

"দেবেশ্বরি দেবেশ্বরি" হায়না কৌরকপদা ফিজিনা পীরাং নপথোক্তুনা "করি হায়বগে ইমা।"

"য়েংওই ইমা রা হায়গে, হৈমা নংবু কপলিবরো। কপকহু কপকহু ইচাসিদি ঈশ্বরনা তম্বা লাক্কনি। মীওইববু রাতুনতা লৈবা হৌনদে, অমুক রাবা অমুক হুংঙাইবা ঈশ্বরগী থৌজালনি। নংগী খুরা ইবুংঙোগী শেলশিংদো ঐনা থা অসিগী মহুংদা শেন্দোয়গা শেল্লেপকা পুন্না শিংবা ঙম্নবা হোৎনগে ঙমদ্রগনা ইখোল অসি ওইনা লৌরো হায়দুনা লোয়নথ্রবনি। অতোপ্পা

রাফম অমনা·········।” রজনি রা মথা তাবা ঙমজদ্রে, চুবা মোনখাংনত্থনা রাখল মতেক অমা খল্লি।

“করি তৌরে ইমা, অতোপ্পা রাফম অত্থনা করিনো ?”

“করিস্থু তৌদে ইবেম্মা, ঐনা রা অসি পাক নঙোন্দা হায়দোকপা ঙমদ্রে।”

“করিনোনে ইমা, হায়রোনে।”

“ইমানদি নংগী পুকচেল অরেপ্পা খংদেদো অত্থদা ইমানা হায়নিংদ্রবনি। নংগী খুরা ইবুংঙো অত্থনদি নংবু মচা-মমৌ ওইনিংবগী··············।”

“মহাক্কী মচানুপা মহেন্দ্রগী ! ঐহাক ঙমলোই, রাফম অত্থ ইমানা অমুক হন্না পনবীরগনু। মহাক্না ঐগী ইপ্বাবু লাইরিক তম'ঙৈদা থোকখিবা থৌদোক, মতম অত্থদা ইমানা লাক্লমদ্রেবদি ঐহাক পুন্সি মাংলবা নংত্রা ? মহাক্না কনাস্থু লৈতে হায়না খন্দুনা উশিং থওইদবা, ফন্না ইনাক খুন্দুনস্থু, ফনমক মরল লৈ-ত্থনস্থু ঐহাক স্থকপাম পামজদে। অত্থগী শরুকপুদি মথোয়গী শেল শিংত্থ শিংদোকখিবনা কৈ; অত্থগা ইখোল অসি ওইনা লৌজ-শ্রবস্থ ঐহাক মীনাই ওইত্থনা চরা নামত্তা চারগা পুন্সিসি লেঞ্জগে। সে—ইমা ঐগী লৈজরিবা লিক-কোল পুন্নমক অসি লোইনা য়োন-থোক্লুরো, লাক্লিবা ডাক্টর অসিগী শেলস্থু খরা পীখিসি। লেম্না লায়েংবীয়ু হায়বা কৈদৌনুংদস্থু য়ারোই। মহাক্না শেল লৌদনা চংখিবদি পীরিবা শেলগা তৌরিবা থবক অসিগা মতিক চান্নদ্রে। হুয়েং মানা লাকপদদি অনাবগী মওংস্থ খংলগনি, শেলস্থ খরা য়াম

পীখিসি। চৎলো, ইমা চৎলো হয়েং মহাক শোয়দনা লাক্লগনি।" মচাগী রাঙাং তাবদা রজনি মিৎলুদা শিন্থরম্বা পীরাং তৈথোকই। "ইচানা য়ানিংদবা থবক তৌরোই। হুজিকী চাওথৎলবা মতমদা অহল-লমনগী য়াথং ইন্দ্রবস্থু অফবত্থদি মশানা পুথোকচগদবনি। মশানা মশাবু শেমগৎ-শাগৎপা হায়বসিদি মীতগী মথৌনি। ইচাবু লাইরিক তমহনবসিনা পাংলবা মমা মপাবু শিংহনবদা মতেং পাংলিবনি। ইচাগী অফবগী অপাম্বা লম্বীত্থদি য়োকখৎপীজ্না থম্লগনি।"

# "খুদোল"

"ধীরেন ধীরেন," হায়দুনা মাগী মরুপ সরত পরপ পরপ চংশিল্লকই। ধীরেনগী ফিভম অদু উবদা মহৌশাগী ধীরেন নৎত্রে। মকোক মরু ইফা-ফা টেবলদা মমায় লুকথদুনা তুম্লমই। সরতনা মমায়দু হাইগৎপীদুনা—

"করি তৌরবগে নহাকপু হন্দক মরক অসি নংগী শাক্তং অমা ইহোং হোংলে, নত্তে নংবু থবক্কা তোল্লব্রা ?"

"সরত ঐহাক থবক তৌকপা তারে, মরমদি ঐহাক ডাক্টর অমা ওইবদা মতিক চাদ্রবা মীনি। ঐহাক্না লায়েংবদা ফবা উমদবা লায়না কয়াসু থোরক্লে। ঐহাক লায়না অসিবু মুৎথৎনবগীদমক্তা মতম থরা ট্রেনিং অমা চৎলুখিগনি।"

"ভায়, করম্বা মথলগী লায়নানো, নংনা য়েংবা উমদ্রিবা ? অদুবু—হেরা নংগীসিদি গভর্ণমেন্টনা তলব য়াম্না পিদে হায়বা মাল্লিদা, থরা ফংলিবা অদুনা হেন্না ফরে। খন্দুনা অমুক্তা য়েংউ, নংনা লায়রবা প্রজাশিংগী মতেং পাংবীবদগী মখোয়না হরাও হরাও হোসপিটালদগী থোকখিবা অদুনা অপেনবা ওইবীয়ু। মদুনদুম নংগী লেমজনফমনি। হোয়, তৌবগীদি নখোয়সু শেল চংনা তমলুবা ডাক্টরনি শেল মতিক চানা লৌগনি হায়বসিনু অচুম্বনি।"

"সরত ঐহাক্তি লায়রবা প্রজাশিংদগী শেল লৌদ্রে, ওইদবা প্রচার, নমথাকশিংতু তৌগে হায়নসু থল্লুদ্রি ; ঐহাক্কী থমোয়দসু য়ানিংদ্রি। অনাবাশিংনা মতম কুইনা ডাক্টর মচুংদা লৈরম্লগা মশা নুংঙাইরবা, ফরবা মতমদা, ঐবু উবদা মোমোন তৌনা হুরাও-তয়াম চংখিবদো ঐহাক্কী থমোয়না পেঞ্জে।"

"অতুনি ধীরেন তৌগদবা ; অতুবু করিগীনো নংনা মাথা অতুক শানা নকোক-নরু ইফ-ফানা লৈরম্লিববো ? কান্নদে ঐহাক্কী হিদাক অতু অমুক্তা লৌরুসি।"

তাঞ্জা অসিমক্তদা হোসপিটাললোমদগী তৌরকপা ফোলন ধীরেনবু য়াম্না থুনা লাকউ হায়বা পাও ফংলে। ধীরেনসু ফি-রোন শেংতুনা সরতকা থোকমিন্নরক্লে। "সরত নহাব ফার্মাসিদা লৈরমউ ঐহাক য়াম্না থুনা লাক্কে" হায়রম্লগা হোসপিটাল-লোমদা চংখি।

ধীরেনগী হিদাক হোনফম তুকান মমাংনি। সরত লেপ্তুন ঙাইহাক লমজাওদা য়েংতুনা লৈ। তুকান মচুংদগী নুপা অমন "তামো সরত—তামো সরত, অমুক্তা লেংশিনবীরকউ।"

"করিগীনোনে ?"

"শেলকা পায়বিবরো, পোং অমা-অনিদা লহৌসি।"

"করি পোংনো, কয়া য়াম্বা শেলনো ?"

"পংয়াম য়াম্বা শেল নত্তে, নুপা চাগঙা-চাতরুক্তগীনি !"

"অতুগী শেলদি ঐহাক য়াওদে।"

তুকান মমুংদগী হুপা অতুনা থোরক্কুনা—"য়েংউ তামো, অসিদা ফমলিবী হুপী অসিনা পোৎ থরা পুরকই, য়াম্না অহোংবা মমলদা লহৌবা য়াগনি নহাক পামদ্রা ?"

"অহোংবা পোৎতি পামদে, চপ চাবা মমলদা লৌবদি পামই। মহাক হুপীনি হায়তুনা ন'না থেমতুনা লৌথোক্কে তৌরিবরা ? লায়রবদগী শেঙ্গাও পায়বনা তুহৎপীবত্থগী মমুংদা নংস্রু য়াওরবরা ?"

সবতনা ফালদা ফমতুনা লৈবিবা হুপীতুদা মুন্না য়েংলবই। অতুগা হুপা অতুদা ওনশিন্দুনা তুমিন্না হংলকই।"

"মখোয়না পুরল্লিবা পোৎশিং অতু করিনো ?"

"অতুবুরো তামো, মমল য়াম্লবা ঙাক্কনি, সনা খুদোপ লৈ, ঘড়ি অসিনি। মমলদি লুপা ৬০০ তা য়ান্নরবনি।"

"অতুদি পীথোকখ্রো। ঐঙোন্দা লুপা চনিখক য়াওরি অরাৎপতু তুকান্দগী হাপখ্রো। হুপী অতুনা তুকান অতুদগী লুপা ৬০০ পুতুনা থোকখি। সরতনা চৌক্রিদা ফমতুনা, হুপী অতুনা চংখিবা মায়কৈদা মুন্না য়েংতুনা লৈবি।"

× × × × ×

ধীরেন্না দেবেশ্বরিবু হুংশিবগী ঈহৌ অতু হুজিক ফাওবা লৈরমখিগদ্রা ! দেবেশ্বরিবু হুংশিরমখিনি হায়বসে থাঙদ্রে। মহাক তশেংনমক দেবেশ্বরি কায়না রাখল্লক্কা ইচল নলিনিবু য়োকখৎচরম্বীনি। অতুবু মাগী মরাইববতা তমদ্রবা নর্া

সুরেসকী মখুত্তা তাগ্রে। মতমতুদগী ধীরেন্না অমুক হেন্না অঙাওবগী পান্দমগুম লৈফম-চাফম খংদনা লেপ্লি। মহাক্কী থমোয়না নলিনিবু অসুক্কী মতিক হুংশিজরম্বনা কায়নগ্নবগী তুংসিদসু অসুক্কী মতিক থমোয় শোক্লা থাংজরি। ধীরেন্না নলিনিবু হুংশি হায়বসি মতমতুদা খংলবদি ঐনা ইচলবু থাজখিয়োই। মহাক মশানা য়ানা চৎখিবা নত্তে, ইচলবু থরায় শোক্লা হুংশিজরম্বা হুপা অতুগী মতৌ য়েংবা ঙমদতুনা পিখিবনি। নলিনিগীদমক্তা ধীরেন অঙাওবগী পান্দমগুম হুংশিবগী ঈপাক্তা কঙাওননা চৎলি। মহাক ডাক্টর অমা ওইরবসু লভকী প্রেসরনা নম্নতুনা থমখ্রে। হুংশি কায়না মৈশা লাংলবা মহক্কী মশাতু হৈঙম-শিংঙমখিদ্রে। মতম পুম্নমক্তা অঙাওবগী পান্দমগুম ওইরক্লি। তত্তুনা শিন্থরকপা মিৎলুদগী পীরাং মহাক্তগীনি। অচিকপা মফম, থাবল ফরবা অহিংদা খম্থরুবা রাখলতুনা সমাজগী অমদি মশাগী ওইজবা পুম্বা মাংলকই। কনাগুম্বশিংনা নিশাগী ঈপাক্তা ঈরোইতুনা থাংই।

তালক অসিমক্তদা ধীরেন য়োরক্লে। "ধীরেন ধীরেন, ঙসিদি য়াম্ন ঙক্লবা থৌদোক অমা থেংনরে, অতুদা ঐনা নঙোন্দগী লুপা ৪০০ লৌবা তারি।"

"নংনা লৌববু, নংগী ওক্লবা লৌ। থবকপু করি থবকনো।"

"ধীরেন নহাক মহৌশাগী দেবেশ্বরিবু নিংশিংবা ঙমলিবরা?"

"করিগী ঙমদনি দেবেশ্বরিবু কায়নখিবদি ঙরাংদা মঙায়রি।"

"মহৌশাগুম্না নহাক্কী থমোয়দা দেবেশ্বরিবু হুংশিবগী ঈহৌতু লৈরিবরা?"

"ইনৌ-নৌনা নংনা রাফমছ্ হৌদোক্লক্লিবা অসিবু করিগীনো ?"

"করিস্থ তৌদে, হুংবু হুংশিবরা অছুতা হায়য়ু।"

"মানদি ঐগী মায় ঙাকপীরক্কনি হায়বসি ওইথোক্কে।"

"ঐ খংলে, ধীরেন নংনদি দেবেশ্বরিবু তশেংনা হুংশিরি ; অছুগা নংনা কিজে মরমদি—ঐনা দেবেশ্বরিদা হুংশি হায়রুবা মতমদা মানা মায় ঙাকপীরক্লোই ইকাইছুনা তোক্কনি অসি নংত্রা ? অছুগীদমক্তদি ঐহাক লৈরি নহাক করিমত্তা চিংনগনু, য়েংউ ধীরেন, লৈরিবা খুদোপ, ঘড়ি, নাপগী নাইন পুন্নমক অসি নংগী দেবেশ্বরিগী খুদোল ওইনবগীদমক্তা ঐনা হুপী অমদগী লৈবীহৌরিবনি।" ধীরেনস্থ লৈরিবা পোৎশিংছ্ পায়খৎতুনা মুন্না য়েংলি। মাগী থমোয়দা চিংনবগী রাখল অমস্থ পোকহল্লি। নহাল লাকহৌবা অহল্ অছুগী শেলশিং অছ শিংনবগীদমক্তা পোৎ-চৈ অরৈবা পুম্বা য়োম্হোক্লবরা ? সরততা ওনশিন্দুনা—ঐহাক ভাব তাবা ঙমলে। চৎলসি নংগী হিদাক অসি হাপচিল্লু।

× × × × ×

অনৌবা চহিগী অনৌবা কুমগী নোংহৌ লাকপদা ঈথক হৌরবা ঈপাকনি। অরিবা চরুখোক পথ-পুমথখিছুনা অনৌবা ফৌনাগী জগোয় শারক্লে। উথুম্না তুম-তুম ফৌনালক্তা........। উপাল-রাপাল, হৈরাং-লৈরাং খুদিংমকস্থ অনৌবা ফিজেৎন্না লৈতেংলে। অশংবা লৈনালক্তা লোন্না থুপ্না শাৎল্লিবী মথল

মখেলগী লৈরাংনি। নোংমা নোংমগী হৌখিবা রারী থমোয়দ মমিদু কোক্তরি। মমি অদুমক্তা লমজিংদুনা অনৌবা মঙাল অমসু ফাওরি। হুংশিবা হায়বা অসি করিনো, ঈশ্বরগা হুংশিবগ করিদা খেৎনগনি? মতম থুদিংমক্তা হুংশিবা হায়বা রাফ অসিনা লায়না অমা ওইদুনা লৈফম চাফম খংদ্রি। তশেংনমব ঐহাক ডাক্টর অমা ওইরবদি হুংশিবগী লায়না অসিসু কোকহনব ঙমবা ডাক্টর অমা ওইবা তাবনি। করিগীদমক ঐনা দেবেশ্বরির হুংশিরুগদৌরিবা? মহাক্কী মফমদগী ঐহাক কয়ারক হন্না ইকায় ফংগ্রবনি। ঐনা মখোয়গী যুমদা চৎলবসু তৌফম থোকপা থবব অদুদগী হেনফম থোক্তে। অদুবু থমোয়নদি খাংবা ঙম ঐহাক্কা তশেংনা খংবা তারে মতুদি হুংশিবা হায়বসি করিনো দেবেশ্বরি মশানা য়াদ্রবসু ঐহাক্কা মহাক্কী মফমদগী নমতু খংগনি।

দেবেশ্বরি'খোয়গী থোঙ্গালনি ধীরেন• গাড়ি থামদুনা চংলক্লে দেবেশ্বরিসু মী লাকপগী খোঞ্জেলদু তাবদা থোঙ হাংদোক্ত মপাল থোরকলে। ডাক্টর ধীরেনবু উবদা তিঙক-মায়ঙক্লদুন ঙাইহাক লৈ। ময়ুমদা লাক্লবনিনা ইকায়রবসু ইকায়—লেংশি বীরকউ ডাক্টর বাবু।"

"অনাববু করম তৌরিবগে?"

"ঙরাংদগীদি ঙসিনা খজিক্তুং ফবগুম তৌই অদুবু চাও-থব হায়বদ্দি করিমতা য়াদ্রি।"

"ইমাদি কদোমদা চৎথোকখিবগে?"

"কৈথেলদা চৎথোকখ্রিমাল্লে ; লাক্লগনি পংকুই কুইররোই।" ধীরেন চংশিন্দুনা অনাবগী হিদাক-লাংথক কাপ্পবগী থৌরাং তৌরি। "ঐনা খল্লিবা রাখল অসিগা, ফোংদোক্কদৌরিবা রাফম অসিগদি তান ফনা চারে" হায়না খল্লবসু ফোংদোকপদি ঙমজদ্রি। ঙাইহাক লৈরগা ধীরেন্না ইচম চন্না—"দেবেশ্বরি ঙসিদি ঐহাক্কী রাফম অমতং" খোঞ্জেল অসিমক্না দেবেশ্বরিগী মায়থোংতু মকা লান্না লৈবা ফংখিদে।

"মহৌশাগী রাফম অমতং শেংদোকচনিংতুনা তৌবনি অদুবু য়ান্না রারৌবীরগদ্রা ?"

"ডাক্টর হৌখিবা ইরাল পুম্বা রাখল থেনবী কুপীনি খন্দুনা ঙাকপীয়ু।" অসিখক্তং হায়বদা দেবেশ্বরিগী ঙৌরবা মায়থোঙ অদু ঈচপমুক ঙাংশিল্লক্তুনা তুমিন্না লুকথতুনা লৈখি। দেবেশ্বরিগী মায়থোঙদা নিংঙমদবগী মমি অমা ময়েক লানা তারি। রাখলনা উংলবা ধীরেনগী থমোয়নসু ফোংদোক্লগে হায়বসি চপ যুনা খল্লি। অদুবু ফোংদোকপদি ইঙম ঙমজদ্রে। লমকৈ অমদা হায়রকই—"মহেন্দ্রগী মপানা নখোয়দা তোয়না লাকলিবা অসি করিগীনো, অদুগা মহেন্দ্রগা নংগা করম্বা······ ?" মহেন্দ্রগী রাফম অদু হেক পল্লকপদা হকচাংদা তুজুংবা অমা ফাওই। মতৌ বরন্না ধীরেন্না মহেন্দ্রগী মরী-মথোঙ খংলমলিবনো হায়বসিসু অঙকপা অমা ওইনা থোকই।

"দেবেশ্বরি, ঐনা হংলিবা রাহং অসিনা নংগী নিংবা কায়বা ওইনা থোক্লগদ্রা ?"

"থোইনা অকায়বস্ু লৈজদে, ঐগা মহেন্দ্রগা মরী অমত্ত লৈনরক্তে হায়বা অসিসু ডাক্তরনা খংবীয়ু। মতম অমদা মহেন্দ্রন ঐগী ইপ্‌াবু লাইরিক তম্বীরমই। মতম অতুদা মহেন্দ্রনা কয়ারং হন্না হুংশিবগী রাফম অসি ফোংদোক্লকখি, অতুবু ঐনা য়াখিদে মহাক্না ঐবু হুংশি হায়বা রাফন অসি তাবদা ঐহাক ঙক্না থোকই হুমিং অতু হুমিদাংরাইরমনি, অঙাং ছুটি থাদোকখ্রে। মান ঐগী ইনাক্তা চংলক্তুনা পরিক্ষাগী অমদি অতৈ অতৈ রারী কয় শারকই। মানা ঐঙোন্দা মুন্না রেংলগা "দেবেশ্বরি নহাক্না ঐঃ হুংশিবগী থমোয় অতু ওইদ্রিবরা?"

"ঐনা থুমখি—তামো'হেন ওইথোকলোইদবা রাফমদি ঙাং নঙুমনি হায়রম্লগা ঐহাক ফুক হোৌগৎলি। তাঞ্জা অতুদা মান ঐগী ফিজি পায়তুনা য়ান্নে। ঐহাক্না হায়নি-হায়রোই খংদন মঙোন্দা তথি তথি হায়দোকলুরে। মহাকসু ফুক হৌগৎতুন "তশেংবনি দেবেশ্বরি ঐনা নংবু হুংশি হায়বসিদগী হেন্না হায় নিংঙাই লৈজদে।"

চুম্মী অদোন্না ঐবু হুংশিবীরিবা অতুমক নচলগী লাইবব ফবনি, অতুবু লৈকাই অসিগী মমাংদা য়ুনলোন-কৈরোন্নবা লৌনৈ লৈনৈ হায়বহ্ ঐহাক পামজদে হায়খি।

"ঐগী রাঙাং তাবদা মহাকসু শাওরতুনা ঐবু মাংননবর্গ মচাক অমা শিল্লকলে। তাঞ্জা অসিদা ঐখোয়গী ইমা চংলকই মহেন্দ্রসু রা ঙাংদনা তুমিন্না থোকখি। তশেংনমক থোকখ্রবনি রারী মতেক অসি ফোংদোকচবতদা দেবেশ্বরিগী মিৎলুদা পীগ

ঈরা হৌরকই। মহাক্কী মতৌ অত্থু উবদা ধীরেনস্থু থমোয় শোক্লা হুংঙাইরমদে। দেবেশ্বরিগী মিৎলুদা চেন্থরকপা পীগী ঈরিক পুন্থত্থু তৈথোকপিত্থনা—

"দেবেশ্বরি নখুৎ অত্থু তিংথোরকউ" দেবেশ্বরিগী ওইথংবা খুনিংথৌদা খুদোপ অমা শীজিনবীত্থনা "নহাক্কীদমক্তা ঐনা পুন্সি-চুপ্পা লেংদনা লৈরি হায়বা অসি খুদোপ অসিনা নিংশিংবা ওইয়ু। নহাক্কী খুদোংথিবা মতমদা ঐনা নংগী অরাবা শরুক মায়োক য়াগনি। নহাক করিমক্তা রাগনু।"

"দেবেশ্বরি দেবেশ্বরি থোঙ হাংদোকউ।" খোঞ্জেল অত্থু তাবদা দেবেশ্বরিনা থোঙ হাংদোকই।

"ইবুংঙো ডাক্তর বাবুস্থু..........।"

"হোয় ইমা, ইমাস্থু য়ৌবীরকলেদনা।"

"ইবেম্মা নং তামোগী চা-হুং তৌদ্রবরা?"

"ফরেদা ইমা তৌবীরুরনু।"

"হুংঙাইতেদা ইবুংঙো ঙরাংস্থু করিমতা সেবা তৌবা ঙম-হৌদ্রে। ইবুংঙোগী কৃপানা ননাওসিস্থু থরা খিৎ মমিৎ-মমাই পাংজরে।"

"ইমা ঈশ্বরগী থৌজান্ননি, হিদাক-লাংথক কাপ্পস্থু লোইজরে; ঐহাকস্থু য়োনবা তৌজরগে" হিদাক মমিং ইবা চে অমা পীরম-ত্থনা ইমা হিদাকশিংসে লৈরগা পীজবীয়ু।" রজনিনা চে অত্থু লৌশিল্লগা "ইমাগীদি থোয়দোক্লা য়ামজদ্রে রারোবীগনু হায়ত্থনা লুপা ১০০ থক ধীরেন্দা লানশিল্লি।

"নত্তে নত্তে ইমা পৈশাহ্- ঐহাক লৌজরোই, ইনাওশিগী হিদাক-লাংথক লৈবদা মত্তেং ওইনবীয়ু।

"তামো য়াম্না ইকায়জৈ, তামোনা শেল লৌ হায়বা য়াবি-দবসিনা মতুংদা অমুক হায়রদনবা......... । লাইরববু হঙ্গোয়বদা নত্তনা লাইরবগী শেল ফাওবা লৌবীনিংদ্রবরা ?"

"মহুমকসু খল্লুহু দেবেশ্বরি, নপ্‌া অসিতা ফবা লাই খুরুমউ। নহাক্কী নপ্‌ানা ইমুংদগী মাঙ্গোল য়োনা চৎপা ঙম্লবা মতমতুদা শেলদগী হেনবা ঐগী মিংচৎ অমদি লৈরিবনি। মসি-দগী হেন্না মমল য়াম্না পোৎ অসি করি অমুক লৈখিনি। নহাক করি অমত্তা চিংনগনু।" দেবেশ্বরি মরু লুকথহুনা করিগুম্বা রাখল অমা নিংদোল চোংনা খল্লি। তোপ-তাপ্পা রাকম অমা ধীরেনগী মফমদা ফোংদোকনিংই। তাঞ্জা ফংদবনা ফোংদোক-লুনবগী পাঙ্গল লৈজদে। মাগী থমোয়দা নিংঙমদ্রবা মৈচাক অসি করম্না খাংগনি। ধীরেনসু চৎলগে হায়হুনা ফুক হোগৎলকই। দেবেশ্বরি মমিৎ-মনা তথক-তথক ধীরেনগী বেগ অহু পায়খৎ-পিহুনা "মাঙ্গোল ফাওবদং পুথোকচগে"। দেবেশ্বরিগী রাঙাং অহু তাবদা ধীরেনসু মাঙ থাহুনা থোরকই। ধীরেন দারিদগী কুমথখিবগা লোইননা দেবেশ্বরিগী মখুত্তগী বেগ অহু হেক লোগে তৌই। বেগ অহুগা লোয়ননা পায়রমলিবা চে অহু উবদা ধীরেনগী মিংয়েংফম দেবেশ্বরিগী মায়থোঙদনি। দেবেশ্বরিগী মায়হু হাইফেৎ লুকথহুনা মিংচিনা ধীরেন্দা—। ধীরেনসু চে অহুগা

লোয়ননা মাগী বেগ অদু লৌতুনা চৎখি। দেবেশ্বরিস্সু তুং হন্না হন্না য়েংছুনা ইমুংলোমদা চংখ্রে।

ধীরেন য়ুম অদুদগী থোরকপা মতমদা সুংশামপি শাংনা হোল্লোকই। মায়দস্সু হমাং মরিক মরিক কারককপগী মতৌগুম ফুরিৎখাওদগী লুমানদু লৌথোক্তুনা তৈথোকই। ধীরেনমক্না ফোংদোকনিংবা রাক্ষম কয়ামুকস্সু লৈরিবনি। অদুবু রাক্ষমদু ফোংদোক্লবগী মতম শাংনা ফংখিদ্রে। য়াম্না লুরবা ফেঅংদোক্লিংবা থমোয় শোক্লবা রাক্ষম অমদি ঐহাক্না তশেংনা ফোংদোকপা ঙমখিদ্রে। লংলা-লংজিন কাংথোক্লম্বগুম অহৌবা মতেক থরদি থবক ওইনা পাংথোক্লমলে। তশেংনমক পোৎ অদু মাগীমক ওইরবদি দেবেশ্বরিগী মফমদা রাখল অমা পোকনি। পোৎ খুদিংমক পিথোকনবগী তাঙ্গাহ্ ঙাইদুনা লৈরিবনি। মহেন্দ্র মপাগী শেল থরা লৌশিল্লুবা অসিগীদমক্তা দেবেশ্বরি মহেন্দ্রগী মখুত্তা তাথিনি হায়বা রাক্ষম অসিদা থোয়দোক্না চিংনলিংঙাই লৈতে। ঐনা দেবেশ্বরিবু সুংশিরবদি মহাক্কী মথায় কনফম থোকই। মহৌশানি, সুংশিবা-সুংশিনবীশিংগী মফমদা খুদোংথিবা কয়া লাক্লবস্সু শরুক য়ামিন্নগদবনি। ধীরেন পরপ-পরপ চং-শিন্দুনা মাগী কাদা ফমই। মাগী থমোয়দা সুংঙাইরবা আশা অমগা লোইননা দেবেশ্বরিগী মায়থোঙবু অমুক হন্না উরুবদা থমোয়দা অনৌবা আশাগী ময়োল চোংহল্লি। ধীরেন ফুরিৎথাওদগী চিঠিদু লৌথোক্তুনা পারি।

"ডাক্টর",

মতম কয়াগী 'মাঙদসু ঐগীদমক্তা ইকায়-মাংওই-নহনব্রে। রাথল থেনবী মুক্তা'ই ইরাল অসিতদি ঙাকপীগনি। তৌখিবা থাবুম কয়াগী রারিবু ঈরোম্মুংদা কুমহুনা থমলুরবসু—ইকায় খংব্রবী ঐনা অনৌবা ঈথকী জগোয় শারকলি। ইকায় খংব্রবীনি হায়হুনা সংসারগী পাক্লবা ঈয়াইসিদা ইদোম হন্দোক-পীরমহুনা পল্লেপফম খংদনা তোক্লগদ্রা? অদুবু ডাক্টর, হৃংশিবগী-দমক্তনি হায়না খনবীহুনা.........। ঐগী রাকম অসিনা অদোমগী অপনবা ওইনা থোক্লবসু ইকায়দবীনি, ইকায়দবী! হন্না হন্না খল্লরোই নিংলুরে শকনাইদ্রবী মাগী মৈচাক থমোয়হুংদা কুইনা কুমহুনা থম্বা ঙমজদে। কিজি-ফিনাদা কিহুনা লৈরোলহুংদা কুমহুনা, অরাংবা চেকপলহুংদা য়োংহিলং-ফলাং চন্দুনা থমলুরবসু শকনাইদ্রবী মহাকনি। পল্লেপফম খংদ্রবা রাখলশিন মতম খুদিং-মক্তা শান্তি ওইদ্রবা থমোয়নি। থমোয়গী কাচিন্দা, আশাগী মক্লমদা কনাখংদা তাদনা থম্লুরবসু মহাক নত্তনা সংসারদা কনা লৈদ্রে হায়না খল্লি। অদুবু ডাক্টর পুকফব্রবী ঐবু হন্না-হন্না ইকায়বা পীবদা মতিক চারবীনি। ঐতাক ইশানা ইশাবু পাগুনা খল্লবা নরকী কোমদা চোংথজরুরে, লাইরবগী খুদোলদি থোয়দোক্না তমজনিংঙাই লৈজদ্রে। নংগী থৌজাল ঈরিক্ল, থিকপীয়ু ঐগী চাক্লবা থমোয়দা। মিংলুগী পীরাংনা-পীরোইনরিঙে ইথিবা চিঠি ঙাকপীগনি।

নহাকী— দেবেশ্বরি

চিঠি অসি হন্না-হন্না পাক্লরগা অমুক হেন্না দেবেশ্বরিবু থমোয়দা চেংনা থম্লবগী মচাক্লি। মহাক্না ঐবু লুংশিজবগী খোরাংলবা মিয়েং অমা লৈরম্লিবা অসিসু ওক্লা খোকই। ঐহাক লুংশিবগীদমক্তা খুদোংথিবা কয়া নংলে। অদুবু মহাক্কী ফোংঙমদনা ফোংদোরক্লবা রাহৈশিং অসিনা শুঙ্কৎলবা থমোয়সিদা মাগী মায়থোঙ্গী মমিত্ তারক্লি। মহাক্কী নিংঙম্রক্ত্রবা ভেংথাখোল অসিমক্তি মতম অমদা নলিনি কায়নবগী চাফম-থকফম খঙদনা ঐনা কণ্ডাওননা খাংলম্বগুমনি। ঐহাক্কী পুন্সিদা লেংদ্রবিনি হায়না লেপ্লম্বী নলিনি খুদোংথিবা কয়ানা মাঙওইন্দুনা ওন্না থোয়না থাংলমই। কমদৌনা মাগা ঐগা পুন্সি বিদায় ওইনখি। হৌজিক্তি চুমনতা নিংজরুবা নত্তুনা নোংমা লুমিং অমত্তসু মাগী মায়থোঙ উথিদ্রে। মহাক্না লুহোংগ্রবা মতুংদু ফাওবদা ঐহাক লৈফম চাফম-থংদনা অহিং লুংথিল চুপ্পা মিংলু পীরাং শিন্নথরমই। মহাক মৌ ওইগ্রে। ঐহাক্কী রাখলদা পোকলিবা কলক মীহৌবগী শরুক অদু মাংহন্দুনা ইচল অমগুম্না থম্লগদবনি। মহাক্না নোক্না-নোক্না মপুরোইবগী সেবা ভৌদুনা লৈরম্বদু ইচল অমগুম্না মহাকপু লুংশিফম থোকই। মহাকসু ঐগীদমক্তা থম্লুবদা, মতম থরা তত্তনা পীরাং শিন্নরম্বা ম্নাই। অহোংবা নাইবা তাইবংনি, ঐগী লুংশিবসু,......লুংশিবা হায়বসে লেপ্তুনা লৈ। ঐনা নলিনিদা লুংশিরিবা অসিগা দেবেশ্বরিদা লুংশিরিবা অসিগা চপ মান্নে ; মীশক থেংনবগী রাস্তনি। লুংশিবগী পম্বুং করিনো ? মহাক্কী পম্বুং কনাগুম্বশিংগী মওং মতৌ য়েংলুরগা খুংনবনা ওইখি। অদুদি, লুংশিবদি কলক মিহৌবনি। লুংশিবগী

য়ুম্ফম কলক মিহৌবনি হায়নিংই। হুংশিবা-হুংশিনবী শিংগী মফমদা লাইর-ইনাক খুনবা য়েংশিনফম থোকপরা, মতুংদা অমুক মশাগী ফিভম য়েংবা হৌনশারা? খুদিংমক অসি মতিক চানা লৈরবা তুংদা হুংশিবগী থমোয় ওইরক্লিবশিংতুগী মফমদ দি হুংশিবা হায়বা অসিগা সনা-লুপাগা ওন্নবা য়াই হায়বসি তাকই। মসিদসু নত্তনা হুপী ওইবীগী ইজৎ পুম্বা শেলনা লৈতুনা শিজিন্নবা য়াবগী মওংসু লাক্লে। মতুনদি সমাজদা অকাইবা কয়ামুক ওইরকনি। ঐগী নাক্তা লেংদনা লৈরম্বা নলিনি ঐহাক্লা থমোয় শোক্লা হুংশিরম্মী তশেংবনি অনকপা উপালদা উরিন তাংবা। উপাল অদুনা তেকপ্রবদি উরিসু মপাল মরা য়াওনা মাংখিনি। উরিনা তুখিবদি ওইথোক্তে, কংপ্রবসু উপালদি লেংদনা লৈহৌনি। নৌনা য়েনিং হুলকপা মনাক-নকপা উরিনা অমুক হন্না য়েৎকনি। তশেংবমক মৈনাক্তা থম্বা ঘি শোদোকই। হুংশিবগী অশেংবা য়ুমফম কলক মিহৌবনা ওইতুনঃ হুংশিবগী কাওঙমদ্রবা খুদোল কয়া তম্বীরম্লবসু হুংশিবগী খুদোল নত্তে। মাগী থমোয়বু ওৎপনি। মপুরোইবগী সেবা তৌতুনা লৈখ্রবী হুপী অদুগী মফমদা রাখল অসিমক নিংশিং-লবদি ঐনা মাবু পাপকী লম্বীদা চিংশিলবীবনি। হুংশিবগীদমক্তা হকচাংদগী শাদোং মচেৎ অমা কক্তুনা পিথোকখিবা অসিসু হুংশিবগী থমোয়নি হায়শিরা? মসিসু মীনম্বা রানি। ঐহাক্লা মতম অমদা নলিনিগীদমক্তা থাংলম্বা মৈচাক অতুগুম্না দেবেশ্বরিসু থমোয় শোক্লা থাংলি। দেবেশ্বরি খাইদগী হেন্না মরাইবক থিব্রবী হুপীনি। ঐনা লাইরবগী কয়াগী সেবা তৌবদা লাইবক থিব্রবী

তেংবাংবীরম্বদা অকায়বা লৈতে। ঐনা হুংশিবগী থমোয় অমা ওইরূরবস্থু মাগী পুন্সিদা অপনবা পিক্ষম থোক্তে। মহাক শোয়দনা মহেন্দ্রগী নাক্তা চংখিগনি। মহাক্না চংখিবদা ঐগী থমোয়না করম্মা খাংহৌগনি। মতম অত্তুদা ঐগী থমোয়না মোমোল-নোক্তুনা মতু্বা পুকচেল অমা ওইরবদি হুংশিবগী অশোংবা পম্বুং ওইহনগনি। ধীরেন ফুক হৌগত্তুনা কা অতুদগী চংখি।

# মুংশিগী লায়েং

"মচাসু লৈশাবীনি ইচাসু পাখংনি হায়বা য়ানি হায়রুনা অতুক হায়রুবগী য়াত্তনি। য়াক্কম অসিদা মহাক থোয়দোক্লা শাওকম লৈতে। ফনা নোক্লিংবা য়াফমনি মচানুপীনা য়াদ্রে হায়রুনা লুহোংবা ওয়রোই হেক্তা হায়দোকপা ওমই। ঐহাক অসিনা করম্বা মীনো, মহাক্লা করম্বা ফিভমদা লৈরিবনো হায়বসি মহাক করিমত্তা খনদ্রে। চরা নামতা চারগা নামা হেনবা মহাক্লসু চাওথোকচবা শারিয়ে। অহল-লমন মহাকথক্তুগী তিন্নতুনতা লাক্লবনি, ওাই-শেল ওইতুনা মরি অসি তৎনদনবা শিনবা য়াফমদা ইখনদি খন্দনা হেক্তা ওমলোই হায়দোকপা; ঐবুসু ইকায়বা পীবদি খংলোইদ্রাদো! মহাক্লা কদায়দগীনো লুপা লিশিং অনি-অহুম থিতুনা পিগদোরিবশিবু শোয়দনা মখোয়গী ইথোল অতু লোৌবা তাবনি। মখোয়গীনি হায়বা মতুংদা করি অমত্তা য়েংলরোই। ঐনা মখোয়গী মতৌ য়েংবা ওমদতুনা পিথিবা শেলনি। মহাক্কী য়াঙাং অতুগা হায়রুরবদি মহাক্কী মচানুপী অসি নমতুনা লৌবনা হেন্না ফবজাৎনি। মমাগীদি খর মক্করে, য়াখংদ্রিবদি মচানুপীতুনি। মহাক্লা ইচানুপাবু পানদে হায়তুনসু অহল-লমনগী মায়দি খর য়েংফম থোকপনি। মমাগী মতৌ অতু য়েংওমদ্রতুনা লৈরবনি; খংলোইদ্রদো,—ওসি হুমিদাং অসি হেক্তা চিংলগা লোইরে। কনানা করি তৌবা ওমগনি। মমা হায়রা করিসু হাররল্লোই, ঐনা হায়বদা য়ারগনি।" মহেন্দ্র

মপাদো ভাংল-ভাংলদুনা থাও ভৈজুনা থমলিবা লীচৈদু নান্নহৌমা ইমুংদগী থোরকই। তাঙ্গা অসি মক্তদা দেবেশ্বরিগী মমা রজনি চংলকই।

"ইবেম্মা রজনি, নহাক লাক্লাবরা করি-করম হায়নরে—।"

"—তাইবুংঙো করিবু হায়গদবনো হায়ফম থংদ্রেদা।। হুপীমচা অসিগী পুকচেল অসি ফানবা হোৎনবনি। অদুদা মহাক্কা শুকয়া য়াদ্রাবসিদা ঐস্মু উপায় লৈদ্রে।"

"— ফরে-ফরে, ইচানা পামজরুবগী অদুক হায়ফম থোকপ্রা হায়দুনা তৌবনি। নচাস্মু অহল, ইচাস্মু মতোমতা পোকপনি চাওনা লুহোংসি লৈবাক'মাঙদা অদুক লেমজবা য়াগদ্রা তৌবনি।"

—"তাইবুংঙো রারোঈবা য়াদে, ইচাগী মবুক ওন্নবা অমুক্তা মেনখিগে। নহানগী হায়নবা শেনফমদু শুনবদি পুজরক্লে; লিশিং সিমতং পায়বিরো অরাৎপদু খরা লৈরগা তৌজরগে।"

—"ইবেম্মা শেল অদু হয়েং শুনবা পীরো, মচিৎ অদু ঐহাক লৌররোই।

রজনি কোকচাওবী ফুং-হেক কাই। অমুক হন্না রা মখা তাগদবস্মু ইকায়রে। তাঙ্গা অসিদা মচাকুপাস্মু চংলকই। মমা অদুস্মু থোরক্তুনা মাঙ্গোলদা হেক ফম্নরে। ইকায়রবস্মু ইকায়না ভাংনদবা য়াদবনিনা রাফম খুদিংমক ভাংনরে। মমেজ্ঞে ময়ুংগী রাঙাং—"কাম্নদ্রে রজনি চৎলো-চৎলো শেল অসি হয়েংমক শুনবা থিলক্লো, নত্রগা ইঙ্খোল ওইনা লাইশিন্নরশি মসিদগী হেন্না রা মখা

তাবিভাই নৈতে।" মহাক্কী রাঙাং অসি তাবদা রজনি মমায় হুমাং অনপ্পা কাবমথৈ থোরকই।

মহেন্দ্রগী মপানা দেবেশ্বরিবু মমৌ ওইনবগী রাফম অসি ফন্না হায়নরবস্ু খুদিংমক অরেম্বা তাখি। রজনিগী মফমদস্ু মচাহ্নপীনা য়ানিংদ্রবনা মহাক্কস্ু পীরগে হায়বসি ঙমখিদ্রে। দেবেশ্বরিবু লুহোংবগী রাফমসি য়ানদ্রবনিনা মাগী শেলশিং অসি হায়রকপা মতুং-ইন্না হয়েংমক শিংদবা য়াদ্রবনি। দেবেশ্বরিগী থমোয়নদি ইখোল ওইনা লৌথ্রবস্ু করি'মতা চিংনদে। মশানা পামজদবা হুংশিদবা হায়বা অসিস্ু সংসারদা খাইদগী য়েরুবা অমা ওইরিবনি। মচাগী পুকচেলদি মমানা থংফম থোকই। মমানা য়ানবা শিল্লগা মচাস্ু মমাগী তুংইল্লকনি হায়বসি খুদিংমক্লা লেপ্লে। অমরোমদদি হুজিক মতমদা রাখল খনবা ঙম্নরবনিনা মশান-মশাগী অফ-ফত্ত পুম্বা য়েংশিনজে। মমানা হায়বা রাফমদা মচাশিংনা য়াবা অসি খরতগী ওইনা থোকই। অয়াম্বদি মশা-মশানা পামজনা লৌন-নৈনখিবা ঙাক্কনি। করি করম্বা উপাইনা মীগী শেল শিংসিগে খনবদা লাম্বা ফংখিদ্রে। শেল ময়াম অসি কনাদগী লৌরুনি। খনবদা চমম্লনা থোকই। ইথন খন্নদনা দেবেশ্বরি অসি হেক্তা পীথোকপ্রগে; মসিনা ঐঙোন্দস্ু রাই শংলনি। মচাহ্নপা অসিগী শক্তাতবু হুংশিদবগী ইচানা পামজদবনি। মসিনা হেন্না ফরে, পংচোপ চোপ্পা মীস্ু ন্নত্রে। খনফম থংদনা কঙাওনরবী রজনি হম্বরকপা রাখলদদি মচাহ্নপী দেবেশ্বরিবু মহেন্দ্রগা লোইননা লুহোংবগী রাফম অসিদা লেপলে। মচাহ্নপীগী রাখলগা ইচা-চান্নদ্রে হায়না খল্লবস্ু তৌদবা

য়াদ্রে হায়না লেপ্লবনি। তাঞ্জা অসিমত্তদা—"ইমা! ইমা!!" হায়না দেবেশ্বরি ভফিং-ভফিং মমাগী নাক্তা চংশিলকই। মশম্-মনা ইকা ফারবী মমাগী মতৌ উবদা দেবেশ্বরিগী থমোয়দা নিংঙমদবগী চৈনাখোল অমা ফাওরক্লে। মমাগী মিৎলুদা শিন্থরিবা পীরাং করিগীনো হায়বসি নিংশিংলক্লবদা ঙসি ওইরিবা পলেম মমাগী অরা মৈচাক'পুম্নসে তশেংনমক দেবেশ্বরিগী মফমদা ময়েক লানা লৈরি। মহেন্দ্রগী মপানস্থু অনৌবা থৌরাং অমা কল্লা পায়থৎলকই। মহাক্কী তোল্লিবা শেল অসিগীদমক্তা "ঐহাকপু মমৌ ওইবা য়ারে ইচাগী থরায়নস্থু পামজবা হায়বত্থু থোকলে। ঐনা হায়বদা করি হায়নয় য়াদনি, রজনি নংগী নচাস্থুপীনা ঐগী ইমৌ ওইজবদি মরাইবক ফবনি। নখোয়দা লৈরিবা শেল অত্থুগীদমক্তা নহাক চিংনগস্থু ঐনা হায়বা রাফম অসিতা মুল্লা থন্নসি।" তত্তনা নিংশিংদাবা ঙমজদে দেবেশ্বরিগী রাখলদা, মহাক্কী চিম্বাল থোংদস্থু থংহৌদনা হায়দোকখি—"ইমা ইমা নহাক্কী পুন্সিসে কপ্পা-কপ্পা অস্থুম লেল্লগদ্রা?" —"ইমাগী ইবেম্মা দেবেশ্বরি করম্না থাংগনি ইনাকখুনবা শেঞ্জাও পায়বশিংগী চৈনাখোল হয়েংমক শেল পীবা ঙমদ্রবদি ইঙ্খোল অসি থাদোক্তুনা চংথ্রো হায়রক্লবনি। অরৈবা শেল অত্থু থিল্লুবদস্থু লোহৌরো হায়বা য়াখিদে। হৌজিক্কী মতমদা ইনাক খুনবশিংগী মপাল তাংবদি হায়রুত্থু অচিৎ-অকোম য়েংতুনা লাইরবশিংগী ঈ মপুক থন্না থক্লগে হায়না লৈরিবা শেঞ্জাও পায়বা ঙাক্তনি।"

মমা মচাতগী রাখলনি, তাঞ্জা অসিদা থন্নগদবা কনাস্থু লৈত্তে। তশেংনমক দেবেশ্বরিগী মচিন্দগী লুহোংবগী রাফম অসি য়ারে হায়না

থংলবদি মমাগী অৱাবা মৈচাক অসি কোকলে। হিরম খুদিংমক্তা অফবা ঙাক্তা ওইরে হায়বসি থব্দবদি নত্তে। মহেন্দ্রবু মপুরোইবা অমা ওইনা সেবা তৌদুনা লৈজবদা থমোয়গী অপেনবা হায়বদু ওইদ্রি। "অদুবু থরায়না পামজদব মহেন্দ্রগী নাক্তা লৈদুনা পলেমগী মিংলুদা শিম্বরক্লিবা পীরাং তৈথোক্লশিরা? ব-রিগুম্বা মহেন্দ্রগী নাক্তা লৈগ্রগা ডাক্টর ধীরেনগী থমোয়না করম্না খাংগনি। ঐহাক মতু তশেংনা উবা ফংই। মতুংদা মহাকনা লম্বীগী ভিক্ষারিগুম চৎলগনি। ঐবু পোকপী পলেমনা নিংজবা অশাদি থুংলে। নত্তে, নত্তে, ঐহাক্না খল্লিবা রাফম অসি অৱানবনি। ঐহাক্না ধীরেনবু পুন্সিগী থাদোকপা ঙমলোই। মহাক্না ঐগীদমক্তা তম্বীরম্বা খুদোল ঐগী খুনিংথৌদা ময়েক লানা ঙাল্লি। মাগী থমোয়দা ঐবু চেংনা চাপনা থমলি। মহাক্না ঐবু পাক্লবা সংসার ঈয়াইসিদা ইদোম হুন্দোক্তুনা থগ্নীরমগনি হায়বা অসি-দি ওইথোক্তে। মহেন্দ্রগী নাক্তা কপ্পা-কপ্পা পুন্সি লেঞ্জরুগদবগী শরুকপুদি ধীরেনগী মখোং কোন্দুনা হায়জরুবনা হেন্না ফৈ। "য়েংঙু ইমা ঐগী খুনিংথৌদা ঙাল্লিবা মণি অসি কনাগীনো।" মচাগী খুনিংথৌদগী খুদোপ অদু উবদা মহাক কপ্পা তোকই।

"ইবেম্মা, কদায়দগী কনানা পীরকপা!! নহাক্কী সনাখুদোপ!" মচাগী মখুৎ অদু চেজেৎ কোনশিন্দুনা হুম্ন-হুম্না চুপলি। —"ঐনা ঙসাই ডাক্টরগী নাক্তা চৎলুবদা রারী অদু মহাক্না লিরকই মহাক্কী থমোয়দা ঐগী অমদি ইমাগী পুন্সিবু থব্দবা নত্তে। মহেন্দ্রগী তোল্লিবা শেল অসিগী মরমদমু ঐহাক্না মীনমদুনা ঙাংবা ঙমখিদ্রে।

ঐনা মীনমচুনা ঙাংলুরবসু মহাক্না য়াম্না শাওই। ইমা কপলুরহু হোন্নেন ডাক্টর লাক্লনি। অদুগা ইমা, ঐহাক্না মহেন্দ্রগী ময়ুমদা লৈবাক অসিগী অনিশুবা মহারাণীগুম লৈগদবগী শরুক ধীরেনগী নাক্তা পুন্সিসে মীনাইগুম্না লেজবনা হেন্না কৈ। ঐনা থংলে ডাক্টরগী থমোয়, মহাক্না ঐথোয়গীদমক মতম থুদিংমক্তা··· ··· ···। ইমা ঐবু থৌজানবিয়ু। চংলসি, ইমা চংলসি—" দেবেশ্বরি মাগী কাদা চংখি।

ঐহাক্কী ফিভম অসিনা ইকায় থংদ্রবী মী হায়বচু ওইরক্লে। মহাকপু থংখিনি উখিনি খন্দুনা লোন্না থুপ্না তৌজবা থবক পুম্বা মাগী মফমদদি তরাই ওরাই থোকখ্রে। ঐগা মাগা মথোয়গী কা'মদা ফম্মিনহুনা ইংনা চিক্না রাতানজরুবা, ঐগী ইফমদদি ইহৈ হৈনখিদ্রে। ঐনা মাবু অহুক্কী মতিক থরায়না পামজরবসু চিনবান থোংদদি করিগুম্বা অমত্তা ময়েক শেংনা ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে। ঐগী মায়থোঙ্ য়েংলগা মহাক্কী মিংলুদা পীগী ঈরাসু হোরকই। করম্বা চৈনাখোলনো ঙাইহাক চম্মননা থোকই। ঐগী অরাবা পুম্বা মহাক্কী মফমদা ফোংদোকলুবদদি ঐসু শিন্থরুরে মিংকী পীরাং মহাক্কী হকচাংহু কোন্দুনা, ঐগী চোৎলবা মিংম্না ফিজি পায়হুনা তৈথোকপিরকই। মাগী থমোয় প্রতিমাদা ঐগী হকচাংবু লেংদনা থম্লিবা মাবু হুন্দোকতুনা করম্না চংকনি। ঐগী হকচাং মহাক্কী-দমক্তা লেংদ্রবনি। হুংশিবনা হুংশিবীগীদমক্তা থনফম থোকই। তেংবাংবীরকপসু কয়া'মনি। ঐহাক্না ধীরেনগীদমক্তা থরায় ফাওবা পান্মুফম থোক্তে। ঐগী পুন্সিসে মহাক্কীনি মহাক্কী।

× × ×

মহেন্দ্রগী থমোয়না দেবেশ্বরিবু থোয়দোক-হেন্দোক্না পামজরুই। মহাক্কী খাংঙমদ্রবা থমোয়না কয়ারক হন্না হায়জরুরে। ফোংদোক: লুরে হন্ন-হন্না কয়ারক; অতুবু দেবেশ্বরিগী মফমদদি হুংদা ঈশিং চাইবগুম থোকখ্রে। মরা য়াওদ্রবা পাম্বীদা মথোং শোমলুবগুমনি হুংশিগী মৈচাক্না খাংঙমলকত্রবা মহেন্দ্রগী মফমদদি দেবেশ্বরিবু মাগী নাক্তা লেংদনা থম্বা পামলক্রে। মশুংলাংগীদমক অহল-লমন ফাওব চত্তু না হায়হল্লুরবনি। অসি ফাওবদা দেবেশ্বরিগী পুকচেল হোংব লৈতরি। মতম থরা তোৎন-তিন্নচুনা লৈরকপনি। মহাক্কী ফিভম অসি ফাওবা লৈরে হায়বা অসিদি খংবা ঙমই। খাইদগী মরু ওইব রাফম অমদি মহাক্না উশিল্লুবা ঙমদে। মপাল থোংগী ফিভম থরদা থমোয় শোক্না মিতারুবনি। মহাক্কী শাবান মূর্ত্তি, নীংথিবী মায়থোঙ, হকচাংগী শরুক খরনা মহেন্দ্রগী থমোয়বু ওৎলি। হুড়াগী মফমদা হন্ন-হন্না কয়ারক মায়থিরবস্থ থমোয়নদি অপেনব লৈতরি। হৌখিবা থৌদোক কয়াবু নিংশিংলুরগা নিংঙমহৌদ্রবর মশানা মশাবু নিন্দা তৌজে। মহাক নত্তুনা ঐগী পুন্সিদা কনাগুম্বী অমত্তা হন্না য়েংলরোই। মহাক্কী হকচাংনা নাক্তা লেংদনা লৈরগ হুংশিবগী পম্বুং ওইগনি। তশেংবনি মাগী হকচাংনা নাক্তা লৈরগ ঐগী অরাবা পুম্বা কোকনি। অচিকপা অহিং কয়াদা দেবেশ্বরি মশুংলাংগীদমক্তা অরা কোকথোন নাতুনা হকচাংনা অচিকপদা থক্লায়না মাগী নাক্তা; ঐগী অরাবা পুম্বসে শরুক মচেৎ অমা ফাওব য়াবিজ্রি। ঐনা হায়জবা পুম্ব য়াবিদ্রবস্থ অহল-লমন্না হায়বদি মহাক য়াফম থোকই। মহাক্না অহল-লমনগী মায় ঙাকপীদ্রবদি

মরল কয়াম লৈহ্লনা মথৌনা কয়াম হেল্লহুনা চাওথোকচরিবা। দেবেশ্বরিবু ফারগা নাক্তা লেংদনা থম্বা, অসিনা ঐগী অপেনবা ওইগনি। অসিগুম্বা মৈচাক অসি থাংবদা রারবা ঐঙোন্দদি কৈদৌ-হুংদসু নিংহন্নবা থমলোয়। ঐনা মাবু শোয়দনা····· ··· । মসিনা ঐগী চোইজাইনরবা রাখল পুম্বসি পোথানফমনি।

× × × × ×

ডাক্টর অমনি হায়বদা মতিক চানা লেমজফম লৈরবা ধীরেননি। মহাক হোসপিটাল অসিদা লৈহুনা লাইরবা প্রজাশিংগী তেংবাংবীরি হায়বদা অরানবা লৈতে। অমরোমদদি মহাক পাখং মচা অমনি হুংশিবগী লম্বীদসু নোংমা নোংমগী খোঙথাং কনশিল্লক্লি। মহাক্কী মশাদা থোকলিবা থৌদোক থরনা, নহারোলগী মশাদা পক্লিবা লায়না অসিসু য়েংবা পাম্লকলে। কনাগুম্বা নহারোলশিংনা হুংশিবগী থমোয় অমা ওইরুবদা থংঙমদ্রবা মৈচাক অহু কোক্লবগী-দমক্তা য়ু-নিশা ময়াইকাবা পোৎ শিজিন্নরি। মসিগী মহুত্তা অতোপ্পা হিদাক অমা শিজন্নবা য়াদ্রা? লায়না অসিনা করম্বা মওংগী ক্লিভমনো? তশেংনমক ধীরেনগী থমোয়দসু লায়না অসি পক্লে। হোসপিটালদা লৈরিবা অনাবশিংগী মনাক্তা চৎত্তুনা রারী রাতাই শারুরগা মাগী মতম লেনফম ওইরি। অতোপ্পা অমনা দেবেশ্বরিগী মফমদগী ফংলকপা হুংশি মৈচাক অহুগী পোথাফম ওইরিবদি শান্তিবলাগী মফমদনি। শান্তিবলা ধীরেনগী নাক্তগী লেংদ্রবা নর্স অমনি। ওসিফাওবদা ধীরেন্না শান্তিগী মফমদা অরানবা রাখলদি

থল্লুদে। চুম্নগী রারী-রাতই থরতনা থমোয় শান্তি ওইজবনি। অদুবু শান্তিবলাগী রাখলদি করম্বানো? মতুমক্তী ধীরেনসু উশিনবা ঙমদ্রি। ধীরেন অনাবা কয়াগী সেবা তৌবদা লায়না অয়াম্বা কোকহনবা ঙমলে। অদুবু দেবেশ্বরিগী রাখলতনা পোক্লরিবা ধীরেনগী থমোয় লায়নাদু মশানা মশাবু লায়েংজবা ঙমদরি। ঐহাক্তি দেবেশ্বরিদ নত্তনা খুদিংমকপু হুংশিবা ঙম্বগী থৌনা অদু ওইগদবনি। মীওইবগী পুন্সিবু মাংহন্নবগী শরুক অসি মুৎথৎকদবনি হায়বসি ধীরেনগী থমোয়দা থল্লকলে।

ধীরেন কা অদুদগী ফুক হৌগত্তুনা অনাবা কয়াগী নাক্তা চংহুনা—"ঐহাক ডাক্টর অমা ওইবদা মতিক চাদ্রবা হুপানি। অনাবা কয়াগী মথায় কনবীরবসু শাবী-শানৌশিংগী ঈহৌরকপা রাখলগী মৈচাক্লা ওইরিবা লায়না অসি কোকহনবা ঙমদ্রি। হুংশিবগী মৈচাক্লা মীওইবা কয়াগী থমোয়দা নপ্লরবদা মরূদা তিল চংলবা পাম্বীনা নোংমা-নোংমাগী খুইগরক্পা মত্তৌগুমনি। মরূদা চিকলিবা তিল অদু করম্বা হিদাক থাহুনা হাংকদগে হায়বসিনি। ঐহাক্লা লায়না অসি লায়েংনবগীদমক্তা অনৌবা ট্রেনিং অমা চৎলুখিগনি—" হায়রম্লগা মাগী কাদা চংলক্লে। মানা হেক চংলকপগা শান্তিবলাসু মাগী নাক্তা চংহুনা ধীরেনবু মিৎকুপ্তুনা য়েংলগা মায়য়োক্লনা থারিবা চৌকী অদুদা ফমথে।

"ডাক্টর করম্বা মখলগী লায়নানো চাং য়েংনবগী থৌরাং তৌরি হায়রিবা অদুবো। অনাবা খুদিংমক্লদি ডাক্টরবু চৎপ্রগনি হায়বসি তাবদা থমোয় শোক্লা তেংথানবা য়াওরক্লে। করম্বা মফমদা

য়োৎবীগদৌরিবনো।" "ঐনা চৎকদৌরিবা মফম অসি অয়েপ্পা লৈতে। লায়না অসিবু লায়েংবা ঙম্লবা মতমতুদা ঐহাক খোরক্কনি। লায়না অসিনা তশেংনা লায়চুরবা মথোং কারকপা মীওইশিংহুদি সংসারদা তোপ-তোপ্পা য়াথল অমনা লমজিংখিহুনা তমথিবা থবক কয়া চথরকই। নংস্তু লৈশাবী মচা অমনি, নংগী থমোয়দস্তু লায়না অতুগী মমি তাবা হৌরে।"

"ডাক্টর লায়না অতুমক্তা ঐগী থমোয়দা লৈরবদি ঐহাক তশেংনা পুথোকচবা ঙমগনি ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়বীয়ু ঐহাক তশেংনা পুথোকচগে।" —"শান্তিবলা, লায়না অতু নহাকনা লৈরে হায়রকপা য়াই, তশেংনা পুথোরক্কনি হায়বা য়াফম অতুদি ঐগী ইফমদা ওইথোক্তে। নহাক লৈশাবীনি লায়না অতু পকলে। খুদোংচাদ্রবদি মক্কদা তিলনা চিকখিহুনা নশা অতু খাংউথক্তা নৌনা পুন্সি কেমখিনি।" য়াহৈ অসি হায়রমলগা ধীরেন য়া মথা অমুক তাখিদ্রে "করম্বা মথলগী লায়না, ঐগী হকচাংদস্তু পক্কবা—!" য়াফম অসিমক শান্তিবলাগী মফমদা ঙক্লা থোকই। "তশেংনমক ধীরেন অঙাওবা মী অমগুম ওইরে, মহাক্কা থল্লিবা য়াথল অসি করম্বা মফমদগী হৌরকলিবা য়াফমনো; মুম্না খম্নুনিংঙাইনি। মতম খরগী মতুংদদি ধীরেন অঙাওবা মী অনগুম লম্বীগী ভিক্কারি ওইরকপা য়াই। শান্তিবলাস্তু খন্দবা নত্তে, করম্বা মথলগী লায়নান নহাওইরিবশিংবু নৌনা পুন্সি কেমহনবগে ধীরেননা হায়রিবা লায়না অসিগী মরমদি য়ু-কানি নিশা খুদিংমকস্তু য়াওদে। লায়না অতু পক্কবা মতমদা নিশা শিজিন্নরক্তুনা ফজবা থবক কয়াদা

খোংথাংজিললকই। অদুগা অপংবা হুপী ওইবীশিংগী মফমদদি নোমা পুন্সি কেন্থা নত্রগা সমাজগী মাঙদা লৈশাবীনি হায়বগী লেমজফম লৈতে। ধীরেনগী রাঙাং অমসুং মাগী মওং চাদ্রবা ফিভম খরদগী শান্তিবলাগী মফমদা থোইদোক হেন্দোক্লা অল্লাবা অমা ওইহল্লি। লায়না অসি পাখং লৈশাবীতনা খিৎ-হেন্না থোকই; ঐসু লায়না অদু পক্লে।"—রাখল মতেক অমগা লোইননা চুবা মোন-থাংনজরুবা ইঙক-ঙক্লা "ঐহাক ভাব তাবা ঙমলে, ধীরেন তশেংনমক হুংশিবগী লায়না অসি পক্লে। হুংশিবনা ঙাওরবা মীবু করম্না লায়েংবা ঙমগদ্রগে। সুরেশ মতম খরা হুংশিবগী মৈচাকনা কঙাওননা খাংজরমই, মদুসু নলিনি মশুংলাংগীদমক্তনি, মহাক্লা নলিনিবু হুংশিরুবগী পম্বুং থুংনবনা ওইখ্রে। ধীরেন্না নলিনিগী দমক্তা হুংশি মৈচাক থাংলি। ঐহাকসু লৈশাবীনি, ঐনা হুংশিজবা কয়াসু হোসপিটাল অসিদা নত্তনা অতৈ মফম কয়াদসু লৈরি। মখোয়শিং অদুগী মফমদা ঐগী হুংশিবা অরেপ্পা থমদ্রি। ঐনা পম্বুং ওইরুগদবা অদুদি অমখক্তনি। তশেংবনি হুংশিবগী লায়না অমদি মীপুম খুদিংগী থমোয়দা পক্লে। হুংশিবনা মী মাংহল্লি, হুংশিবনা মী শেমগৎলি। হুংশিবা হায়বা অসি করিনো পম্বুংদি কদায়দা—? পাম্বী অমা হৌরবদি শোয়দনা মশা লোংগনি। অচুম্বা মউ অদুতনি শেম শাদুনা লেমজফম ওইরি। অশেংবা হুংশিবদি হৌজিক্কী সমাজদা থিবা ফংলরোই। শাবী শানৌশিংগী থমোয়দা চেম্বরক্লিবা হুংশিবগী ঈচেল ঐহাক তশেংনমক ডাক্টর ধীরেনগী মফমদা তাকপা ঙম্মগনি। ঐহাক খংলে, ঐহাক খংলে। ডক্টর ধীরেনগী থমোয়দা

পল্লিবা লায়না ঐহাক তশেংনা লায়েংবা ঙম্লগনি। "—ডাক্টর-ডাক্টর, ঐহাক তশেংনা লায়না অতু খংবা ঙমলে ঐখোয়গী হোসপিটাল অসিদা অনাবা মীতু লৈবিব্রা?"

"অনাবা মী অতু ছজিক ফাওবা লৈরি; নহাক্না লায়েংবা ঙম্লগদ্রা?"

"ডাক্টর অনাবা মী অতু ঐনা হায়বা ইল্লবদি লায়নাতু শোয়দনা ফবা ঙমলগনি। মহাকপু হিদাক পীজহনা অমদি হিদাক কাপ্তনা লায়েংগদবা নত্তে।"

'শান্তিবাল অতুদি করম্বা মথলগী লায়েংনা মাবু ফহনগদৌরিবা— !"

"মহাক শোয়দনা ফগনি, য়াম্না থুনা ফবা ঙম্বগী পাঙ্গল মহাক মশামক্কী রাখলদা থম্লবনি। শেল তিংনা হিদাক লৈরুগদবা নত্তে, মশা মথন্তগী পাঙ্গলনা লায়েংজগদবনি। অনাবা অতু কৌরুগে করম্বা কাদনো অমুক্তা ডাকপিয়ু।"

"অনাবা অতু কৌরুদ্রবসু মফম অসিদা—ঐনি।"

"ডাক্টরগী হককচাংদা····· ····।"

"মানি ঐগী থমোয় মক্তদনি; নহাক্না লায়েংবা ঙম্লগদ্রা?"

"ডাক্টরমক্কী থমোয়'হুমক্তদা ····· ····! লায়বক ফবনি। অতুবু ডাক্টরগী হককচাংদা পল্লিবা লায়নাতু করম্বা মথলগী লায়নানো, হৌরককফম অতু নিংশিংবীরিবরা।

"লায়না অতুগী হৌরকফম অমদি মমিং ঐহাক খংই। করম্না লায়েংগদগে হায়বা অতুনি ঐনা পামলিবদি। হৌরকফমদি হৌজিক

সমাজগী পাখং লৈশাবীশিংগী মফমদা তত্তনা থোক্লিবা হুংশিগী মৈচাক—। নহাক্ন ঐগী থমোয়দা চাক্লিবা হুংশিগী মুত্রবা মৈরী অসি কোকহনবা ঙম্নগদ্রা ?"

ডাক্টর লায়না অসিদি থোয়দোক হেন্দোক্লা শাথিরবা লায়নানি। য়েংবদা থরা রানা থোকই, অদুবু লায়না অসি কোক্নবগী পাম্বে, পরা অনি তম্বা তায়।"

"পারা অদুদি করম্বা লাইরিক্তগী.... ....।"

"পরা অমনা অফাও-অফাওবা পুকচেল চম্নবা মহাকবি কয়াগী লাইরিক্তগী লৌথোক্নদবনি। অতোপ্পা অমনা ঐগী লাইরিক্তগী ঐগী পারা অদুদগীসু মী অদুগী রাখল মতুং ইন্না লায়েংবা ঙমগনি।"

"শান্তিবালা হায়রো অদুদি ঐগী থমোয়গা চান্নবা লায়েং ঐগী লায়না অসি কোকপা ঙম্নগদ্রা য়েংলসি।"

"ডাক্টর হুংশিবা হায়বা অসিনা মী অমবু শেমগৎ শাগৎপদা লাইনা তেংবাংই, অমসুং মাঙ-তাক্নবগী মচাকসু ওইহল্লি। হুংশিবা হায়বসি খুদিংমক্কী থমোয়দা লেংদনা লৈ। হুংশিবনা অমত্তগী ওইনা তুংশিল্লুরবদি গহাকনত্তনা কনাসু লৈত্রে খল্লি। হুংশিববু তুংশিন্দুনা থম্নবদি—থৌদোক অসিদগী মথল মথেল চৈনাখোল কয়ামুক ফংবা ঙমলকই। মখাদি মহাক অদুদগী ফংঙমদ্রবা পোৎশক অমা ফংগে হায়নসু নিংলকই। মতম থরা অদোম্না নলিনিগী রাখলদা চাওরবা ফুরা অমা শাগৎলুরে। মতম অদুদা হরাওরমই, হুংঙাইরমই, থোইদোক্লা হুংশিবগীদমক্তা কায়না মৈশা

লাংলমদে। সুরেসকী থমোয়নদি করম্না থাংলমই—? মহাকস্তু সুংশিবগীদমক্তা নলিনিবু ফংগে হায়না থুদোংচাবা ঙাইখি। ডাক্টরগী মফমদা নলিনিগী রাথলনা শগৎলম্বা ফুরাহু মালংদা লিঙ থায়খি। মশুংলাংগীদমক্তা শিন্থরকই মিংকী পীরাং, অচিকপা অহিং কয়াদা। মতমহুদা সুংশি চৈনাখোল ফংবদি ডাক্টরতনি। নলিনিগী হকচাংদগী ফংঙনদ্রবা পোৎশক অমা ডাক্টরনা ফংবা ঙমহৌদ্রে। মতম অহুদা ফংলমলবদি হুজিক্কী সুংশিবা অসি করিনো হায়বহু খংলমগদবনি।"

"শান্তিবলা ঐনা নলিনিগী মফমদগী ফংবা ঙমহৌদ্রবা পোৎশক্তু অমুক হন্না লৌরুবা য়াখিগদ্রা?"

"ডাক্টর পোৎ অহু লৌনবগী মতম হেন্দোকখ্রে! মহাক্কী হকচাংনা ডাক্টরগী নাক্তা লেংদনা লৈরবা মতম অহুদা হৌজিক্কী তাইবংগী সুংশিবগী অনৌবা মওং অহু খংলমগদবনি"।

"শান্তিবালা ঐস্থু থৌদোক অহু খংনবগী মতম ফংখিগদ্রা—।" ধীরেনগী রাহং অহুনা শান্তিবলাগী থমোয়দা ঈথক-ঈপোক অমা হৌরবস্থু চিন্বাল থোঙদদি ফোংদোকচবা ঙমজদ্রে। নিংথিরবী ম্নায়থোঙ তরুরবী মিৎস্না থম্বাল অনিগী মিৎথমফমদি ধীরেনগী ...মদনি। থোৎ-নৌরবী শান্তিবলাগী হকচাংবু লৈতেংজবী ফিজোল ...কোম তকোম লৈরি। শান্তিবলানা হৌগৎখিবগা লোয়ননা ...রেন্না শান্তিবলাগী হকচাংদা হায়ফেৎ য়েংজরুই। শান্তিবালানা ...াঙহুলোনশিন্দুনা ধীরেনগী নাক্তা লেপলরে। ডাক্টরবু মিংকুপ্তুনা ...ংলগা—"ডাক্টর-ডাক্টর মিংয়েং অমুক্তা তাবীয়ু। ঐগী হকচাংদগী ...রম্বা রাথলগী চৈনাখোল ফংবগে—মসিমস্থু ঐনা অদোমবু

"হুংশিবগী থুদোলনি—।" ধীরেন শান্তিবলাবু হায়ফেৎ য়েংলমলগা কা অহৃদগী থোকখ্রে।

"ডাক্টর-ডাক্টর, ঐবু হুংশিবগী থাংঙমদ্রবা মৈরক অসিদা লংশিন্দুনা থম্বীরম্লগেরা ? রাফম অসিতদি ঙাকপীয়ু—ঐবু ইকায়বা পীবিগনু অমুক্তা ঙাইবীথো ডাক্টর, ডক্টর··· ···।" শান্তিবলাগী থোদোকপুম্বতুনা ধীরেনগী মকমদদি অরেম্বা ওইখি। ধীরেন্না শান্তিবলাবু হন্না য়েংলুনবগী মতমদু লৈখিদ্রে। শান্তিবলা থোঙ-জিন্দা লেপ্তুনা নিংঙমহৌদ্রবা মৈচাক করাছুগা লোয়ননা ধীরেন্না চৎথিবা মায়কৈদা মিৎকুপ্তুনা য়েংলি।

# "ঐগী পীরাং"

থাজগী মায়খোঙ্ মালেমসিদা মপুংফানা উন্রি। অমুবা লৈচিল মপৈলক্তা কেকু লোংপী শান্নরি। থাজগী মঙালবু খৌরাংনা ঙাইজবী শিঙেল লৈরাংশিংনদি অমুবা নোংগী মপৈবু থমোয় শোক্লা নিন্দা তৌরি। মহাকসু থাজগী মঙালবু থমোয় শোক্লা ঙায়জরম্বা হুপানি। মহাক্কী অনৌবা রাখল, অনৌবা থৌনা অহুগা লোয়ননা করিগুম্বা মফম অমা য়োৌরুগে হায়না পাক্লবা লম্বাং অসি ফাওহুনা লাকই। মহাক্কী খোঙবু কনাগুম্বা অমত্তসু থেংনদ্রে। করিগুম্বা রাখল অমদগী অকিবা তুজুংবা পুম্বা মাগী থমোয়দা ফাওখিদ্রে।

কনানো লম্বীসিদা হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা চৎলিবী মহাকসিবু— ? ঙাইহাক লেপ্তুনা য়েংই। মত্তোমতা নত্তে হুপা অমসু য়াওরি। থোইদোক-হেন্দোক্লা মাগী থমোয়দা চিংননিংঙাই ওইরে। মচা কায়নবগী মৈচাক্লা, নত্রগা মরাইবক থিরবী লুখ্রা ওইরবীরা? ঙাইহাক লেপ্তুনা মখল মথেল কয়ামুক থল্লি। থমোয়দদি করম্বা মওংগী থৌদোক্লো হায়বহুগী থংনিংবনা হেনজিল্লক্লে। অসুমক মুন্না তাশিল্লুরবদি চুম্না কপ্পতা নত্তে, খোম্থাং অমসু য়াওরি।

"থাদোকউ থাদোকউ ঐবু থাদোকপীয়ু, নখোঙ্ পায়তনা খুরুমজগে—" হুপী অহুগী নিংবা কায়রবা খোঞ্জেল অসিমক্লা ধীরেনগী রাখলদ হুপী অসিত্তদি কম্বীরুখিগে থল্লক্লে। অহুবু খোঞ্জেল অসিগী-দমক্তা অফবা অমসুং ফত্তবা রাখল কয়ামুক থল্লুরে। মরমদি—

হুপা অসিনা পামজ্জরবী মনিংখুংজত্রবী পাঙ্গল শোল্লবী হুজাগীদমক ঐনা লেপল্লুবদা, হুপা অসিন নিংবা কায়রব থমোয় অমা ওইহৌনি। হুপী অসিগী মথায় মাংখিগদব নত্তে পুজনহু হায়না থল্লুরবনি। মখোয় অনিহু ধীরেনগী নাক্তা ফনা নকশিল্লক্লে। ধীরেন মুন্না য়েংলি। হুপী অহুগী হিক্রা-হিক্রা তেংথাবা খোঞ্জেল লেপ্তুরি। হুপা অসিনসু হুপী অসিবু পুনবা হোৎনবদা মপুম থিৎনা চোকথরে। মখোঙনা থাংনা চৎলু হায়বা য়াত্রবদা, হুপী অহু পুন্বগী পাঙ্গলদি চিংহুনা নত্রগা থাংহুনা পুবনা মাগী পাঙ্গলনি। হুপী অহুনা হায়জবা পুম্বা হুপাহুনা তাহুনা লৈনবগী মতম লৈত্রে। হুপী অহুবু অসুক্কী মতিক হুংশিবগী মৈচাক অহুমকনা থাদোক্লমলগে হায়বসি থস্ত্রি। মহাক্না তশেংনা হুপী অসিবু থমোয় শোক্না পামজে। হুপা অসিগী থাংঙমত্রবা হুংশিগী মৈচাক্না হুপী অসিবু ফাহুনা পুরক্লবগী থৌনা লৈরি। মহাক অসিনা থৌজান হৈবা হুপা অমা ওইরবদি রাখল থজিত্তুং থম্বীবা য়াবনি। মহাক হুপানি, মহাক্কী থৌনা অসিমক সমাজগী অফবা পুরক্লবা হোৎনবদ শিজিন্নবা ঙম্লবদি মহাক অফবা মী অমা ওইখিবদা লাইনা থোক্লনি। ঐনা মতম অমদা দেবেশ্বরিবু থমোয় শোক্লা হুংশিজরম্মী। দেবেশ্বরিনদি ঐগী মায়ঙাকপীখিদে, মতমদুদা ঐহাক করিগুম্বা রাখল অমা থল্লুবদগী দেবেশ্বরিবু থাদোকলমলে। অহুবু ঐহাক্কী লাইবক্লা তম্লক্লবা দেবেশ্বরি, হুজিক্তী ঐগীদমক্তা লেংত্রবা উপালগুম লেপলি। <u>হুপাদি মতম থুদিংমক্তা মথল মথেলগী থবক করয়া পায়থৎপা ঙমই।</u> হুপীদি হুপাগুম্না তমথিবা মপাঙ্গলহু লৈবা ঙমদে। হুপীগী নিংতম্লব পুক্সি, মতাং অসিদা লোইরে হায়বা য়াই।

মতম অসিগক্তদা নুপী অসিবু নুপা অসিগী মথুত্তগী কলহৌব্রবদি নিংবা কায়রবা থমোয়না কপ্পা-কপ্পা মতম থুদিং লেপ্পুনি। নুপাদি কয়ারক হল্লা নুপী ওইবী কয়াগী মপু ওইরবা য়াই। নুপীগীদি লেমজফম লৈতে। নুপী অসি নুপা অসিগী মফমদগী লাপথোকপা পামলিবা ভাসনদি মহাক্কী থমোয়দা কনাগুম্বা অমবু চেৎনা থমলি হায়বা তাকলি। মহাক্কা খঞ্জরিবা আশাগী তুংইন্না মহাক্কী মমাঙ-গক্তদা লেপ্পীরবদি কয়াদা নুংঙাইজগদবা!! মখোয়না লেপলিবা অহ্নগা, ধীবেন্না লেপলিবা মফমত্নগদি থোয়দোক্লা থাপ্লদ্রে। কনানো হায়বহ্নদি তশেংনা থংনিংহ্নুনা মুন্না য়েংলি। নুপী অহ্নুনা—"তামো, ঐবু পোকমিংবা নচলনি থনবীত্নুনা অমুক্তদি নুংশিবীয়ু। নখোঙ পায়হ্নুনা থুরুনজরি; ঐবু অমুক্তদি থাদোকপীয়ু।"

"এহাক নংগী রাঙাংতু তানবগী মতম লৈতে। নং অসি নুপা লিশিং অমদা ঐনা লৈরবী নুপীনি। নংগী মমল থীবা লোইরহ্নুনা ঐনা নংবু পুবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈ।"

"তামো ঐনা হল্লা হল্লা হায়জবা পুম্বা য়াবিদ্রি। তামোহোয়গী শেল শিংবদা লৌতৌ য়াদে হায়বদি ঐবু অস্তুম্না তৌনবগীদমক্তা…

"পুহ্নুনা লৌথিবা শেল নত্তে; নংবু য়োম্থোরকপনি ঐনা নংবু পুনিংবা মাইবৈদা পুহ্নুনা চংকনি।"

"নংনা ঐঙোন্দা উংলিবা থৌনা অসিগুম্না নপুস্লিগী ওইবা অফবা হীরমদা নথৌনা অহ্নু উৎলবদি নহাক সমাজদা লেমজফম ওইরোইদ্রা?"

"নংনা ঐঙোন্দা তাকপী তম্মীয়ু, হায়বা নত্তে, চৎলু নহাক মাঙদা নখোঙনা থোংনা— ।"

"ঐনা চন্দ্রবদি … … ।"

"নহাক চত্তবা শুকয়া য়ারোই। মমল পিতুনা লৈরকপা পোৎনি।"

"নহাক্কী মমল অতুদগী, নংনা লৌনিংবা শেন্দোয় হাপলবস্থু ঐনা শিংগনি। হায়য়ু নংগী লৌনিংবা শেল অতু কয়ানো ?'

"নংবু মমল হনবীয়ু হায়বা নত্তে। অমুক হন্না য়োম্থোক্লোই"

"অতুদি ঐহাক সুকচৎ চৎলরোই।"

"নহাক্না হুজিক ইথুত্তগী নাম্থোক্কনিদি থল্লুহু। ঐগী থমোয়দা ফাওরিবা থাংঙমত্রবা মৈচাক অসি কোক্লবা মতমদা নংবু থাঙ অসিনা থিন্দুনা হাৎলগা হুন্দোক্লম্বনা ঐগী য়াশকনি।

"লমচৎ নাইত্রবা শা নংনস্থু ঐঙোন্দা তাতুগুম্বা থৌরাং অতু পায়খৎনবগীদমক্তা শিল্লকলি। ঐনা নংবু তামো তামো হায়না কৌবদি। নহাক মখোঙ অনি পানবা মীংনুংশি থংত্রবা শা অমা গুইরে। ঐনা হায়রিবা অসিনা অরোইবনি। নহাক্না ইপুঞ্জি চুপ্পা লৈমিন্নগদবগী শরুকপুদি শিথিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ। নহাক্কী লংলবা থাঙ অতুগী তুম্নবা মত্তোল অতুনা ঐগী থমোয়দা থুন্না থিন্দুনা হৈ থকউ— ।" অসি হায়তুনা মহেন্দ্রগী থজায়দা থুৎপাক্ল থাখি।

মখোয় অনিগী মতৌ অতু উবদা য়াম্না নিংঙমদবা অমস্থু ফাওরে। "লুপা লিশিং অনিদা অপাম্বা তুপী লৈবা ফংলবদি করি

হায়না রারুনি। শেলসু লৈরসসু মরল লৈবগীনি। হুপী মচা'সিনদি মশানা য়াদ্রি। করম্মা পুন্সিগী লোয়নতুনা মহাক্কা লৈমিন্নগনি। হুপীমচা অসিগী থমোয় শোকপা রাঙাং অসিনা, করিমতা অহোংবা পুরকপা ঙমদ্রবা হুপা অসিবু হাংনিংবা অমা পোক্লে।

"ঙায়থো হুপা ঐগা রারী অমত্তু শাখিশি।"

"হুপা নহাক কনানো, করি হায়নিংবা লৈ। নহাক চংশিল্লঙ্কহু ; অহুগা ঐগী লম্বীদসু অপনবা পীবা য়ারোই।"

"ঐহাক্কা নহাক্কী লম্বীদা অপনবা পীগদবা নত্তে ; নহাক্কীদমক ঐনা তেংবাংবীবসু ঙমই ; হুপীমচা অহু গথুং চেৎনা পুনশিল্লু চেনখিনি—। "হুপীমচা নহাক কপকহু গী তাগ্রবদি নংগা পুন্সিগী লোয়নতুনা লৈগদবা হুপা অসিগী মাংগদবা ইজ্জৎশিংসি অমুক্তা থল্লু।"

"মহাক ফত্রবা শাগী লিচৎ-চৎপা মীনি মহাক মাংখিসহু ঐহাক করিমতা চিংনদে।"

"হুপীমচা, মহাক্তা মাংবা নত্তনা নংসু সমাজদা লৈশাবী অমা ওইবগী ইজ্জৎ অহু মাংলগদবনি ; অহুনা হেন্না কবরা? অহুগী শরুকপুদি মহাক্কী গতুং ইন্না চৎখিবনা হেন্না ফৈ।

"ঐহাক্কা হুপী ওইবগী ইজ্জৎ অহু মাংলবসু মাহাক্কা পুন্সিগী লোয়নতুনা লৈবা ঙমলোই।"

"তানিংদে হুপীমচা রা অমুক মথা তাগহু—ঐথোয় অনিগী মরক্তা নহাক্কা নপুন্সি চুপ্পা নাম্থোক্তুনা চৎপা ঙম্লরোইদবনি। হায়যু হুপা, ঐহাক নঙোন্দা রা থরা হংগে নহাক শেংনা খুমঙউ।"

"থৌদোক অসিদা ননিং থুংদবা করি লৈ হুপা।"

"ঐগী ইনিং থুংদবা অমথক্তং লৈ, রাফম অসি নহাক্না য়াগত্রা?"

"ঐনা হৃজিক চথরিবা হীরম অসিদা নহাক্না অপনবা পীবদি য়ারোই। হায়নিংবা থুদিংমক্তি হায়বা য়াগনি।"

"নহাক্না য়ানিংদ্রবসু রাফম অসিমদি মুন্না থল্লু। অহুগা হুপীমচা অহু পুহুনা চৎখিবদা অপনবা পীরোই। হুপা নহাক্না হুপী মচা অহু হুংশিরম্বা য়াই, অহুম্নদি ওইরগা হুপীমচা অসিগী পুকচেল নহাক খংলবরা।"

"ঐহাক্না মহাক্কী পুকচেল অমদি থল্লিবা রাথল থিজিনফম থোক্তে। ঐহাক্কীদি শাগৎচরিবা আশাগী ভুংইন্না থমোয়দা চাক্লিবা মৈচাক অসি কোক্লবগীদমক্তা মহাকপু ফাহুনা পুরক্লিবনি। তশেংবনি মহাক্কীদমক্তা থনবদা কণ্ডাওনরবা রাথল হুংশিপী মৈচাক, মশুংলাংগীদমক্তনি। মহাকপু ঐগী ইনাক্তা থমলগা অরাম খৌরাংবা পুম্বা কোলুরগে চৎলগে হুপা।" হায়রম্লগা থুদাং তাপ পায়হুনা চিংখিবদা হুপীহুনা ফনা কন্না য়ান্নজে। তুহুনা লৈরবসু চিংবোই থাংবোই পুরি। মকি-মরোলসু মফম-মরাং অমত্তা খংখিদ্রে। হুপী মচা অহুগা লাক্লবমক্তদা হুপা অহুগী মশাহু চোকথনা উরে। উপায় লৈত্রহুনা অমুকসু ফৈবম্না থাংলি। হুপা অহুগী মতৌ ধীরেন ভাইহাক য়েংহুনা লৈ। ধীরেনমক্কী মমাংদা হুপীমচা অহুবু অমুক থীনা লাক্লবদি ভমলে হায়হুনা পংতৌ তৌবা মাল্লি। হুপীমচা অহু অমুক থমহুনা— "নহাক নশানা য়ানা ইভুং ইন্দ্রবদি

ঐগী থমোয়দা চাকলিবা হুংশিগী মৈচাক অসি কোক্নবগীদমক থৌরাং অসিদা…… ।" হুপা অতুনা হুপী অতুগী ফিজি পায়দুনা চিংবা হৌরক্লে ।

"থাদোকউ, থাদোকউ মতুনা নংগী করি তোংজবা ফংই ।"

"মসিনা নংবু হুংশিরুবগী থাংঙমজ্রবা মৈচাক অতু কোক্নবগী-দমক্কনি ।

"মসিনা ঐবু হুংশিবগী অপাম্বা !! ফনা নোক্লিংবা রানি ।" "নহাক্না য়াত্রবসু ঐগী ইফমদগীদি নহাকপু কনানা কনবা ঙমগনি । মহেন্দ্র ঐগী থৌনাদা কয়াম কুইনা ফি অসি য়ান্দুনা লৈবা ঙমগনি । য়াল্লু নংগী ঙমজবা থৌনা পুণোক্কুনা, কয়াম কুইনা থাংবা ঙম্বগে য়েংশি ।"

হুপা অসি মহেন্দ্রনি হায়বা তশেংনা থংলে । "মহেন্দ্রনা পুগদবা হুপীদি দেবেশ্বরিনি । মাল্লি তশেংবসু দেবেশ্বরিবু থমোয় শোক্না পামজ্জে । হুংশিবগী অশেংবা য়ুমকমদদি কলক মিহৌবনি । অশেংবা হুংশিবদি হুজিক্কী সমাজদা লৈত্রে । ঐগী দেবেশ্বরি হুপা অসিনা পুথিবদা ঐহাক চিংনবগী থমোয় অতু ওইররোই । অতুম্নদি ওইরগা, মহেন্দ্রগী করাম চাওরবা রাঙাং অসিনা হুপী মচা অসিবু মাংহন্নবা থৌরাংলি । অকববু শেমগৎ শাগৎপদা য়েক্নববু মরু ফংনা মাংহনবদি পাপ লৈতে ।"

"মহেন্দ্র নহাক হুজিকমক হুপীমচাহ্ থাদোকউ ; নহাক্না তৌরিবা থবক অতু অরানবনি । অতুগী মহুক্তা নখুৎ চল্লবা হুপী অতুদি য়ানবা থেম্বনা নথৌ নত্রা । মতু ঙমদ্রবদি নহাক হুপা ওইনা পোকপগী করি কান্নরি ।"

"নুপা নহাক্কী নথৌ করিমত্তা লৈতে, ঐনা ত্তৌনিংবা থবক খুদিংমক চথবদা নংনা অপনবা পিফম থোক্তে।"

"করি মহেন্দ্র, ইনাক খুল্লি; ত্তৌবা ঙমই, নংগী রাখল অসি নত্রা? নহাক্কী শেল ঐনা হুজিকমক পিগনি। অতুগী মথক্তা ভঞ্জায় অমা হাপ্পুনা শিংগনি। নুপীমচাহ থাদোকউ।"

"নহাক্কা পিরকপা শেল অতুনা ঐগী নুংশিববু কোকহনবা ঙমগদ্রা।"

"নংগী রাহুদি ফনা নোক্লিংবা রাফমনি। ঐনা ঙসায়মখে য়েংগে হায়তুনা য়েংবনি। নহাক্কী নত্তৌ অহু ঐহাক য়ানিংদে।"

"নহাক্কা য়ানিংদে হায়তুনা ঐনা হেক্তা ত্তোক্কদ্রা;"

"মহেন্দ্র নংনা ঐগী মাঙদগী দেবেশ্বরি পুতুনা চৎকনি হায়বা অসিদি নমঙদা ফাওবা মঙলুহু।"

"নোক্তবা ঙমদে নুপা, নহাকনা দেবেশ্বরিগীদমক্তা ঙাংলিবা রাঙাং অতুমক্কা ঐগী ইখুক্তগী দেবেশ্বরিবু লোহোবা ঙমগদোরিবরা; মতুমক্তি নপুন্সিদা ওইথোক্তবনি। নুপীমচা অসিগীদমক্তা নথ্বায় মাংগদবগী শরুকপুদি মফম অসিদগী থর থুনা চৎখ্রো।"

"মহেন্দ্র, নংনা তান্দ্রবসু ঐহাক মফম অসি থাদোক্তুনা চৎখিগনি। নহাক্কা দেবেশ্বরিবু হুজিকমক থাদোকউ।"

"নুপা নহাক কনানো, ঐগী ইমিংদি থংলগা ঐগী ইগুন্দি থংত্রা?"

"মহেন্দ্র নহাক ঐহাকপু থংনিংত্রা—থংতুনসু কান্নরোই। নংগী নগুণ চপ-চানা থঙবা নুপানি। হুরানবা ফুট-পাট ত্তৌবদা

শিংথানবা মহেন্দ্র হায়বত্ন ওইরবস্থ ঐহাক নঙোন্দগী হেন্ন তৌব ঙম্বা মী কনবা ধীরেন হায়বত্ন ঐহাকনি।" ধীরেন চংশিন্দুনা দেবেশ্বরিগী মখুৎ পায়রগা চিংথোকই। দেবেশ্বরিগী চিন্নান থোঙদা খংহৌদনা "ডাক্টর"! হায়না চেজেৎ কোনশিনজরকখি। অনৌবা থৌনাগী ঈহৌনি দেবেশ্বরিগী মফমদস্থ, ধীরেনগীদমক্তা থরায় থাবা পাম্মুবগী রাখল অত্ন মুৎখ্রে। তাঞ্জা অসিমক্তদনি মহেন্দ্রনা ফাক-ফাক নোক্তুনা মখুত্তগী থাঙ্‌ অত্ন খুত্নম চেৎনা পায়রগা ধীরেন তন্না চংশিল্লকই।

"চৎথোকউ দেবেশ্বরি" হায়তুনা মহেন্দ্রগী থাঙ্‌ অত্ন ফানবা হোৎনরি। মফম মরাং খংদনা তুখ্রবা দেবেশ্বরি ফুক হৌগৎতুনা মহেন্দ্রগী মাঙ্‌দা থৎলরে। ফাবা ঙমহৌদ্রবা মহেন্দ্রগী থাঙদোল দেবেশ্বরিগী থবাক্তা যুংখি। দেবেশ্বরি কৈনা হাইথরকপা হকচাং ধীরেন্ন ফৈবম্নমা ঙকখি। দেবেশ্বরিগী থোৎ নৌরবা থবাক্তা মীলুংশি খংদ্রবা মহেন্দ্রগী থাঙ্‌না যুংতুনা লৈরবদা ঈনা লৌথোংগুম চেস্থরক্লে। ধীরেন্না য়েংথোকখিবদদি মহেন্দ্র মফম অত্নদা লৈরমদ্রে!

"ডাক্টর-ডাক্টর, ঐগী থাংবদা রারবা চৈনাথোল অসিতদি অমুক্তা কোকহনবীয়ুবা। ঐনা সংসারদগী বিদায় লৌখিনা তারবদি, পলেম্না করম্না থাংতুনা লৈহৌগনি। পলেম ইমা লাইরবী—ত্তোল্লবী নচান্না পলেমগী লমন শিংলমদে। নচাবু রারৌগন্নুবো। পন্থৌ ইপানা কোরৌ নোংমদোন তমখিবদা শেৎনা-খায়না, ইংনা-চিক্না রাতান-জরম্বদো নমোমদি য়াওবা ফংলরোইদো।"

"ডাক্তর, মতম থরা ঐহাক্না নংগী থমোয়বু শুৎতুনা হুংশি য়াওল্লক্লে। পামেল উশা অমত্তদা তোংমিন্নহুনা চেক্লাগুম চিল্লোক্‌খিত্রে। ঐনা সংসার থাদোকলমদাই অসিফাওবদা ডাক্টরগী লমন শিংলমত্রি। হন্দকমুক্কী মপোক্তুঙ্গি পুন্সি পম্মুংফমদু য়োমিন্নখিত্রে। হয়েংমুক্কী মপোক্তা য়েক্না তিঞ্চং লৈতনা উকৈ অমত্তদা তোংহুনা চেক্লাগুম কায়দোংমিন্নশিকো। নহাক্কী চন্নবা পুকচেন্দু ঐনা মপোক মপোক খুদিংদা কাওজরোই। লাইরবা অতোন-অতাংগী সেবাদা অচান মীরাই নাইত্রবা নহাকীদমক্তা মপোক মপোক খুদিংদা লেপচরুগে।"

"দেবেশ্বরি ঐনা পুরক্লিবা লিক্লাং অসি কনাদা হুক্রুনি। য়েংউ নংগী লিক্লাংতু পুরক্লে। নংগী ঙকশমদা হুক্তুনা ইমিৎ অসি পেন্না য়েংলগে; য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চন্নবা খুদোংথিবা কয়াতনা মাঙ্‌থাহুনা লৈরবা সংসারসিদা মীওইবনা হিংনবগী পুন্সি অরাবনি।" নিংবা কান্নবা মশানৌগী মিৎলুদা শিস্থরকপা পীরাং তৈথোকপীহুনা ধীরেনগী ঙকশমদা চেজেৎ কোনশিল্লি। অরোইবা পীরাংনা থুমহৎলবী হুজাগী মিৎস্নানা ধীরেনবু অমুক্তং য়েংজরগা, লৈজবা থৌনা পুম্বা খোমজিনজহুনা—ফাইরবা খোঞ্জেলনা কৌরকই। পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপ্তা থমোয়না প্রামজরবা মিংগৌ "ডাক্টর… ডা…ক…ট…র !!"

দেবেশ্বরিগী থরায়না মহেন্দ্রগী থাঙদোল মাঙদা থাংবা ঙমখিত্রে। থরায় য়াওদ্রবা হকচাংনা নিংঙাইদনা য়াতারি—কল্লবা ঙক্রোংথক্তা। থাংউথক্তা কেন্নবী হুজাগীদমক কম্মরি লাওনরি, তেংথা নাওইনরি খুদিংমক্না। মশানৌ ধীরেনবু হনদোকপীরম্লে কল্লবা

ঈচেলগী ঈরৈলক্তা। সংস্কারগী মৈরীনা কুপথ্রে মুজাগী হকচাং, মশানৌ ধীরেনগী নাপ পাওদমলক্রে। ইনথৎলকপী মাগী নিংথিবী মায়থোঙ্না অমুবা মৈখুলক্তা··· ··· !

কায়না মৈনা চাক্লবা থমোয়
লম্ফাংনরে নংতগী রাখল অহিংগী অচিকপসিদা
নশুংলাংগী থাজ ঈপোমলক্তা ঐনা হিক্ল-হিক্ল— ।
জগৎপু শুঙ্কাৎলবী ; ঐদি মোংফমথক্তা ওন্না থোইনা—
য়াওল্লি অঙাওবগী পান্দমগুম হিক্লা তেংথা-নাওই
মিৎলু লাইজ ঈপাল্লাং থমোয় শোক্লা তেংথারি
তৈথোকত্রবা পীগী ঈরিক্ল মোংফমথক্তা তপ্-তপ্
শিনথরি।
শিনথখিনি
শিনথসন্নু···

---

লোইরবা

